# ইমুং মনুং

[ নাটক ]

( * )

অইবা :—

ঙাথেম রাবৈচন্দ্রা

হৈঙাং ময়াই লৈকাই !

ফোংজবী ঃ—
হাথেম ওংবী একাশিনি।
ইম্ফাল মযাই লৈকাই।

মমল ঃ—
লুপা [illegible] (লৈকা থাইজিনদিং)।
লুপা ৮ [illegible] (ওর্দিনারি)।



নম্ফম ঃ—
ডি বেঙ্গোল প্রেস, [illegible]

কোপী মশিং ঃ— ১০০০

নম্বা চহি ঃ— ১৯৮১ গী জুলাই।

ইখিবা চহি ঃ— ১৯ ৩।

ফংফম ঃ—১। এনজি: আর: এস: বুক ষ্টোর, ইম্ফাল।
২। পোপুলার বুক হাউস, ইম্ফাল।
৩। অতৈ ইম্ফালগী খাউট বুক থোগা দুকানশিং।

---

লাইরিক অসিগী ফংফম থোকপা পুম্নমক ফোংজবিগীনি।




## পাবিরিবশিংগী, মফমদা ৱাহৈ খরদং

ঈশানী জনীশুবা খুৎই "ইমুং মনুং" ১৯৭৩ ইংদা ডি নোর্থ ইম্ফাল যাত্রা মণ্ডলনা মনিপুরগী তোঙানবা মফম ৱদা যাত্রাৱালী ওইনা শান্নবিগ্রবনি। ঐগী ইয়াম্বা শক্লবা অশ্যকপম ঈনাকখুনবা সিংহনা ডিরেক্সন পিবিহনা 'মনিপুর যাত্রা ৱালী কমপিটিশনদা শকক ৱাজবদা অনীশুবা অফবা 'লিলা ওইখি। হৈজত্রবা ঐবু লাইবক থিবা হায়বহনা অমুক অহেৎপা পীরিবা লাইবিক অসি হেক নম্বা হৌজবগা মীৎ নাবগী লাই-নান জয় তৌখিহনা অপনবা হায়বহু পীবিহনা ইশামক্লা প্রভ লোনং। তাঙ্গা অমা ফংজহৌদ্রে। অরানবা পুন্না মখংগী খুং-নমদ: চুমথোকচবদা মতারে। অত্তোপ্পা ৱাফম অমনা লাইরিক অসিদা ইজরিবা পুন্না ঐগী ৱাখলনা শাগৎচবা ঙাক্তনি। মীৎ মান্নরুবদগী নত্তবা ৱাখল পুশিনবিবা যাওবিববদি ঙাকপিয়ু। ইজনিংবনা ইজরুবনি। ৱাখলসে পোথাফম খঙজদে। ইথোক-প্পা য়াংলে। মুংঙাইবা পোকচরিবনা ঐগুম্বা অমনা ঙসি মীতৈ সাহিত্য লৈকোলদা লৈরাংচান্ন অনিদং ইখুংমক্লা থাজবা ঙমজবমক অসিনি অহানবদা "পুন্সি" অনিশুবদা "ইমুং মনুং" মখংগীদমক প্রেসতা লৈজরি "শক খঙনবা"।

অইবা—



# ইমুং মন্নুং

[ চংগদবা পাত্র পাত্রী ]

## নিপা :—

১ | দিনেশ ( দি ) :— চায়াম পোকপা, শুনিংদবা, গঞ্জারাংলা চহি ৫০ রোমগ অহল অমা ।

২ | রমেশ ( র ) :— দিনেশকী মচানিপা যু থকপা, শানাঙবা শুনিংদবা চহি ২৮ রোমগী মীওই অমা ।

৩ | মহেশ ( ম ) :— রমেশকী মনাও, জ্বাবরালা, চরানবা ।

৪ | জয় :— শেঙ্গাবা, লুপীদা চোপঙবা, মণ্ডলগী ওফিসার অমা, চহি ৪৩ রোমগী ।

৫ | মুহন ( মু ) :— চহি ৪৮ রোমগী কানি চাবা অশিকপা ইনাকথুনবা সুমতি মপা ।

৬ | বোবো ( বো ) :— চহি ২৫ রোমগী কাগী পামজ । জয়গী চপ্রাসি অমা ।

৭ | অতৈ খরা ।

## নুপী :—

১ | শুমতি ( শু ) :— চহি ২০ গী মতমগী শকহেনবী অমা ।

২ | সুলোচনা ( সুলো ) :— দিনেশকী মচা, তৌবা ঙম্বী অমা ।

৩ | দময়ন্তি ( দ ) :— রমেশকী মমা চহি ৪০ রোমগী ।

৪ | অতৈ খরা ।

---

# সিন থুদিংদা চংগদবা মা অমশুং পোৎলম :-

১/১ — রমেশকী য়ুম/মুমিদাংৱাইরম
(রমেশ, দিনেশ, দশুমতি)
১/২— সুমতিগী য়ুম/মুমিদাংৱাইরম
(মুহন, সুমতি, রমেশ)
(টেবল মচা অমা চৌকি অমা ফোটো অমা)
১/৪— রমেশকী য়ুম/মুমিদাং
(দিনেশ, মহেশ, সুলোচানা, রমেশ, দশুমতি)
(চেং ময়োম অমা)
১/৩— জয় সাহেবকী য়ুম/মুংখিল
(জয়, বোবো, সুলোচানা)
(চৌকি টেবল)
১/৫— সুমতিগী য়ুম/মুমিদাংৱাইরম
(সুমতি, রমেশ, মুহন)
(টেবল চৌকি, চিঠি অমা)
/৬— রমেশকী য়ুম/অয়ুক
(দিনেশ. দসুমতি, মহেশ, বোবো কন্নাই, মুহন)
(শেল চবুন অমা, শেলগী বেগ অমা)
১/৭— জয় সাহেবকী য়ুম/অয়ুক
(সুলোচনা, জয়, বোবো)
(চৌকি. টেবল কোফি গ্লাস অমা)
২/১— সুমতিগী য়ুম/মুমিদাংৱাইরম
(রমেশ, সুমতি, মুহন, দিনেশ, দশুমতি)
(টেবল, চৌকি, গ্লাস অনী, রম লিক্রি অমা-
চাগাংনা শেমগা য়ারে শেল চবুন অমা)

২/২— দিনেশকী য়ুম/হুমিদাংরাইরম
( মহেশ, দিনেশ, সুলোচনা রমেশ, বোবো, দশুমতি )
( শেল চবুন অমা )

২/৩— জয় সাহেবকী যুম/হুমিদাংরাই অথেংবা
( জয়, বোবো, সুলোচনা )
( চৌকি; টেবল )

২/৪— সুমতিগী য়ুম/হুমিদাংরাই
( রমেশ, সুমতি, মুহন, মহেশ )
( ঈ শেম্নবা পোৎচাক )

২/৫— দার্জিলিংদা কাগী হুকান্দা/হুমিৎম্নুংবা মতম
( সুলোচানা, বোবো, জয় )
( রিভোলভর, পানা থরা, ঈ শেম্নবা পোৎলম )

২/৬ — মুহনগী য়ুমদা/অয়ুক
( মুহন, দিনেশ, সুমতি )

২/৭— দিনেশকী চীংয়াগী য়ুম/হুমিদাংরাইরম
( দিনেশ, দসুমতি, সুলোচানা, জয় অতৈ পাথং লৈশাবী অমদি অঙাং থরা)
( কৌতা, কংক্র—হিদাক মৈ চাক্লিবা )

# ইমুং মনুং

## ( ১ )

### রামেশকী য়ুম/নুমিদাংবাইরম

রামেশঃ— ( য়াম্না নিংঙমদবগী মায়গোংনি, ফিজেত্তি নাপ্লি ) উপাই লৈত্রে। করি তৌগদবনো খংদ্রে। কোক হোত্তুনা খাংবা নত্তনা করি তৌগনি। অহাওবতা চানিংই, অথুম্বতা থকনিংই, অনানবতা শেংনিংই। ( কোক হোংলি )।

দিনেশঃ—( শেগাইরবা ফিজোলনি। মশম মনা ইফা ফাই শাওনা থোরকই ) তৌফম খংদ্রে। বুদ্ধি ফোৎসে, খন্থ খন্থরুরগা খংনিংঙাইদা মওইখ্রে।

দশুমতিঃ— ( মোতাই শুদাইনবী ফনেক ফিজোলনি ) জ্ঞান অসে কোকফাই কারে। য়ুমথোং খুদীং ঐ লাক্লে উবদা থোং লোনখ্রে। করিনো তৌদোবসিবু। ঐ হিংবা ঙমলরোই।

রমেশঃ— ( মমা মপা অনিবু মুন্না য়েংলুরগা তৌফম খংদবগী মওংদা মতোমতা মরাইবক্তা খুত্তুম শুজবা ) বাবা অমদি ইমা অনিমকস্থু জ্ঞান ভাগ মন্দবা হায়রবত্থনি করি লৈগে হায়ত্থনা মতম অদুদা হায়বদি মতম চারিঙৈদা খন্থবীরমুবদি ঙসিগী ফিবম অসি কৈদগী থোক্লমগনি ।

দিনেশঃ— করিনো নংনা হায়ব্রিবসিবু ? অঙাং নঙক পংহাই হায়গংকস্থু। থিঙেন্দা তাইনবা ঙমত্রগা নাশিথোংদা তাইনৈ হায়বত্থ নঙ ননাত্থ থক তাখিদ্রিবরা ?

দশুমতিঃ— মপা মচাগী মতৌ উবদা লৈকাই খুঙ্গংশিংনস্থু হু ভরেৎ খানরবনি। সৈত্য শরিশো হে ঈশ্বর তোল্লবীবু লৌশিনবিয়োগবা থৌজালহৈবা।

রমেশঃ— ইমা চিন অসি চুম্না নৈয়ু য়ারক্লোইদৌরি। ঐস্মু ফনা থোগল্লোন ব্যবহার খংবনি অচুবু ইমা অমদি পাবুংবু উরগা ঐ মথোং ফজবা মথোং মরি পানবা পথা হায়বা শাগুগুম ওইরকদৌবি।

দিনেশঃ— অচুবু নপাঙ্গল কল্লে নপা। অমদি নমাবু থিল্লগে সিংো নত্তে করিনো নংনা হায়রিবা রাতুবু।

দগুমতিঃ— চুম্ন চুম্নগী ঙাংনৌ অঙাংগা কেক মান্নবসিবো।

রমেশঃ— মমা হায়বা নৈতে মপা হাযবা নৈতে লাই ফাউবা লাইমু লাইঙৌ অপুন্নী শোরেন খায়রিবসি মঙাই।

দিনেশঃ— ওহ! নঙগী রাখন্দা ঐহাক অসে তিনমু লাইমু হায়বতু ওইরে সিনিনে আঃ আঃ ফবে ফরে ঈবুংঙো নং নমা নপাবু নখুয়াগী উফুলগুম খল্লেদনকো সেবা।

দগুমতিঃ— ঈবুংঙো সংসারদা মমা মপা ওইবনা মচাবু লুংসিদবা কনা রাও-বগে। মচানা মমা মপাবু লুংশিবগা মমা মপানা মচাবু লুংসিবগদি পাবা রাবা নত্তেদো। নশাদা পাল্লগা খংলক্কনিকো অচুবুদি কুইদ্রেদনা হা।

রমেশঃ— মা মাগী যজ্ঞ পাত্র যেংতুনা থবক তৌগদবনি ঈরোইগী মপোৎ শামুদা থোংবদি য়াই শামুগী মপোৎ ঈবাইদা থোংলবদি কমদৌনি হা নচৈ অমসু হৈতবা লৌ পরি অমসু নৈতবা শুনিংখিদ্রিবা কমক্কা চানিংবা বাবানা নচা তরাহুমদোই পোক্রম্বগী অর্থ করিনো অমুক্কা পাউখুম পীবীযুনে— ? ঐ শাউজখিরোইযে সৈত্যা।

দিনেশঃ— ঈবুংঙো সংসারদা পোকপা জীব কয়াসে কনানো অমত্তা পুথোরক-উনে— মুঙাই যাইফবা পামদবা, নিংথৌ ওইনিংদবা, অহাওবা চানিংদবা, অথুম্বা থকনিংদবা, ফজবা পামদবা, অনানবা শেৎনিংদবা ?

দগুমতিঃ— অচুম্বনি ঈবুংঙো কনাসু নৈবা নত্তেদো বানিংবা, নংনিংবা জীব অমা ঈশ্বরগী লিলানি য়াদতুনা তৌবনি হায়রৈদেনে নংবু।

রমেশঃ— আঃ থম্মোয়জাওশিংসিনা ঙাংইবসি তাবদি মুঙাইরিনে। বাবা —ইমা—করি—হায়না নৈরোই মথোয় অতু আঃ মীশক অতুদি ইনক নক্কা

লৈরে আঃ ইমা অমসুং বাবা অনি অশে মীশক অচুমক্কি মথোয় অচুদি রাজগে নংজগে হু পাপ চাজগে হায়দুনা শনিদা বর নিজবা। লাল্লবরা? জুরা লম্বাবু চাবিনে। হা ঈশ্বর! হৈনা খারমগ্রেদকো কাংখুল অমত্তদা হৈরাং লৈরাং চারা অনিসে, মশাবু পুংশ্রেনে— তেকথরে — মহৈনা অণ্ডাং মখৈনা হেক্তুনা লৈমাইদা হুপ্লেক্তুনা অরেম্বদা লোইনা মাংলে—।

দিনেশঃ— রমেশ নও মতোয়নরা হা— হায়যু নও মতোয়না করেম্নরবরা? চায়াম— পোকপা ডাক নং চাযাম পোক্তবা ডাক নুঙাইরবদি নোই মাম্মা শেলুংজাওদি নুঙাইরেনহা? মচা মগুসু—য়াওদে—মোই অনিদা চাবদা ভীস্মা নিরগা চারে। লাইশ্রম তোমাল হোৎইসি ইমান্নবনি মরল মথুম মচেৎ অমসু লৈবা নতে মচা ময়ামসিদগী অকবা অনি য়াউখিহুনা হৌজীক্তী ফুবাগা দলানগা পুমলং লংখ্রে নমীত্তু উস্রা হা?

রমেশঃ— বাবা ইমা অনিনা নচা ঐখোয়বু পোকপীরমলিবাসিবো নুংশিৎ-ফাহুনা চাউ হায়রিববো।

দশুমতিঃ— ঈবুংঙো ঈশ্বরনা পীরে শুনবা নখুৎ নখোং, নপাঙ্গল, চানবা নচীল। হৌজিক্কি শুরো-নোমলো নমান্নবা মীরক তিনবা ওন্নবা হোৎনরো। নপাঙ্গল চাউনবা খোক্লক্লে, ঐখোয় অমুক পোখারগে, নখোযনমুক ঐখোয়বু থাক্লো।

রামেশঃ— আঃ ঙাংবদি ঈশিং লীত্তে। মোইসিগুম্বশিংসে অমেরিকানা থাদা থাগৎলিবা রোকেৎতুদা চাম্মা চামনা খুক্তিং ওইহুনা হাক্সিল্লগা থাগৎখিব্রবদি পৃথিবি যাম্না রাই চিনবা তাপ্লেবো।

দশুমতিঃ— ইবুংঙো সংসারদা মীওইবা জীবনা মচা থাম্না ফংনিংঙে হায়-হুনা হেক ফং ফংনিংদে হায়হুনা হেক ফংদবা য়াবা হৌনব্রা মসিদি ঈশ্বরগী লিলানিনে চীন্বিবা।

দিনেশঃ— কনামনা মচা অমা ফংজনবা হোৎনবদা মরল মথুম ভাকপা মখৈ লাই মখল শুনা পুজা তৌহুনা, চহি কয়া তোপ সাধন তৌহুনা হোৎনবদা ফংদ্রিবা, ব্রহ্মা কৌবা লাইমক্লা মপোক

কন্না তোপ তৌবদা ফংদ্রবা মীওইপোকপু মহা মূর্খ অসিনা কয়াদা কোয়া শিদোক্লিবনোসে।

রামেশ:— ( থাউনা ) কন্নিগী ওয়োইদৌবিবা ! ফেমিলি প্লান্নিংগী ডাক্তর অমং অহৈনা মুকথ্রবীমুক য়ান্নবা যুগসিদা। ইঃ তান্নরগা থোকপা লাই-শ্রবা পোৎসিবু।

দণ্ডমতি:— রারেম অহু ঙাংনহনা মতম লেল্লবসু য়ারোই চফু উয়ান্না মচাক পুরক্লো হায়হুনা থোংলক্লে চাথুমদা।

দিনেশ:— মখোয় থিহল্লুচো চফু উয়ান্দো খৌরি অমা থুজিল্লগা থাদোকখো।

রমেশ:— ঐখোয়দি নহানি একাদশী মাযোক্লবা ঙমজরোই। থবক চং-কদবনি থোংলুবো ইমা। নপামদগী পুকচো. ঐনা থবক তৌরগা শিংগনি হায়য়ু।

দণ্ডমতি:— রাইদকো হে লক্ষ্মী করম্বা কান্দা ইচা ময়ামসি চাওবা মপুং ফাহনা মখোয় মখোয়মী মপান চাবকা হাযহ ফংলকখিগদগেনে। নিপানি হায়হুনা তৌরিবসিনা মরোন অমা মীদৌনা ইফুৎ ইফা থোকপসু নত্তা তুফক-তুফাই চল্লহনা ইমুংদগী হেল্লু য়াখিত্রেদো। ঐদা শিজশ্রবদি পেল্লনিদকো।

দিনেশ:— ঐ ফোত্তনবু রাং নং লৌবা নত্রো ? থিকচো নংগী বাশিং লৈবা নমাইছু উরগা খীনা খরা পীরকদরা খল্লি।

রমেশ:— চায়াম পোকপী চায়াম পোকপা ঐ নম্মৌ ইনাকখুনবী শেলথং ঙমী অমা থৌরাং তৌকখিগে চাক্তি চাদবা য়ারোইকো ইমা লামল-বক্তাংনি।

দিনেশ:— ঙসিদগী হৌনা চাক অহু মখোয়দা অহুম চাক্রো চিঙ্খিবা।

[ থাউমৈ মুৎপা ]

---

# সুমহিংগী য়ুম/নুমিদাংৱাইরম

(লৈতেংলবা য়ুমগী নিংখিরবা কা অমদা লম য়ৌনা ফজরবী কামগী ঈহৌরকফম ওইরবী মাইথোংগী মবেম্মা ওইরবী সুমহিনা চৌক্রিদা ফমহুনা লাইরিক প্যারি। লাইবিক পানা পানা মথুংনা টেবলদা তান থারগা ঈশৈ ওংলকই)।

## ঈশৈ

নিংথাইবক্লে নুংশি তোর্ব্বান;
ঈথক হৌবক্লে ঐগী ৱাখল।
থাংফম থংদ্রে ঐগী থম্মোয়।
হো থম্মোয লমহেনবী।
নিংলরোই খল্লুই হেন্দুম হেল্লি।
কাউরগে নিংলুই অরেম্বা তাবে।
থাংফম থংদ্রে ঐগী থম্মোয়।
অসিরা নুংশি মৈচাক।
মসিরা পাম্মু মৈচাক।
থাংফম থংদ্রে ঐগী থম্মোয।
নিংথাইরক্লে নুংশি তোর্ব্বান।

(তাঙ্গা চাদনা মপা মুহন ফিংনা চংলকপদগী ঈশৈ তাবদা শুমংথিহুনা মচাদা কৌবা ওবদে নোবফেং তৌহুনা লৈ)

মুহন:— ইস! ইচাগী খোঙ্গেসসিদি মাইক্রী রেকোর্ড ঈশৈনকা নক্কংপা য়াপোং নত্রেদনা শিদি। মোইগী কমলা বীমলা হোইহু কৌরগা ইচাগা অমুক্তা চাং তম্নহনদবা য়াদ্রেদনা। (সুমতি ইকাইহুনা তৌকম থংদনা লৈ)

মুহন মথা শমথৈ:— ইস ইমাই শেম্মা ৱাথংদবা নপা ঐগী দোষ পুম্বা ঙাকপীয়ুকো হো কলিগী দুর্গামাতা। নংনা মীশ্নি মচা শকহেনবা লাইরিক

লাইশুদা মথরাই লুপচরিবা কয়াবু হিংখৎ খৎতুনা ঈ চুপ্লীবা অহুগা শুন্দা কয়াগী তীর্থ স্থান ওইরিবা অহুগুম্বা নহাক অসে ঐন্দী ইচা হা হা হায়ো হে মুহন।

সুমতিঃ— (ফেৎ লাউদুনা) করি মীচৈনি হায়বগে অহুদি পাবুঙ।

মুহনঃ— আঃ অং সিবু খংদ্রি করি মীচৈ হায়দুনিদনা।

সুমতিঃ— মীনা তাখ্রগা. হোইদা ঐবুদি ঐ ওইথ্রে। পাবুঙবু কনানা উশিং-পীদোরিবনো ?

মুহনঃ— ইবেম্মা নহাকথক্তা ইপানা রাগদোরিবসি খল্লুংদা অকম লাইহৌ হেক হৌইদা।

সুমতিঃ— মচা মশু রারক রাজেম্ববু অহুম্না কনানা ভাংনবগে ? খোইদৌ য়াক্কসি ইশাও শাওগৎলি।

মুহনঃ— অহুবু চুমইনে, অহুবু ইবেম্মা ইপানদি নংবু লাইরিক থরা তমজহৌনবা হায়দুনা খ্রিদা থাদোরেদো ঐনা খল্লুবদি লাইরিক্তা মায় ওনশিন্দুনা মীথোই মীহেন্নবা হোৎনরিবোই মনিংইদো অহুগা ওসি ইচাগী ঈশৈহুদি করি অমুকগা শকলকথোনে পৈশা থাগেনে আঃ আঃ মীগী মচা হো থম্মোয থম্মোয় (ঈশৈ মতৌ তমই অহুগা নোকই) কৃষ্ণ কৃষ্ণ মতোক লিশিংপানবা লীলশুম্নবু কীরেনে মচী পানবী ঈশৈহুবো।

সুমতিঃ—রারেম ভাংবীরগমুদা খিং পাবুঙ থবক চৎকনি চাক থেংলে হায়বম্লগা অহুম্নো আ ইনে মাগুবী মনাক্তা চৎলুবিবরো, পুশিল্লকদবা ওইরবদি থরা থুনা পুশিল্লকউ থবক শিংনবনি। তস হে ভাংথোক্লগা লোইরে।

মুহনঃ আই মাদি ওম্বোক্লা লাইনবু হায়রিরে (হয়াউজনা নোকচৈ) আ চৎথোক্লমগমুকো লাইরিক্কু নিংখিনা পাউ চাকস্ন চাথোরক্লে ননে হোইদা ঐ চৎলগে থবক। বিষ্ণু বিষ্ণু। মচামুপী মশক কজবী পো-কচবা মতিক চাবা মপা ঐসে লেমইকো মীনা সন্মান তৌইকো সৈত্য। (রমেশ মফি মরোল নাম্না ভাইনচীংবা কীহুনা মথুত্তা থই মচ অমা পাইরহুনা তুংহন হন্দুনা য়েংলগা চংলকই)

সুমতিঃ— উম চুরানবসে লাক্লেশে খঙগনি গুসিদি ফারগে। ( মরুমদা লোতুনা লৈ )

রমেশঃ— কনামত্তা লৈতবগুম তৌইদা অঙবু মনম মঙানা তাকপদি অরাপ্পদা চংখিদেসে। খুংফমসু কোং কোং শারিনেদো।
( লাইরিক অমা তেবল মথক্তগী লৌখংলি ফাক্তুনা শাগে তৌবদা ফোটো অমা থেংনৈ মুন্না ( য়েংই ) গুদ গুদ ফোটো ফোটো। মসিদি কনাগী ফোটোনো। হুম রমেশ বাবুগী ফোটোনি। রমেশ বাবু হায়বদি — ? আঃ শকহেনবী চিনফেন কবী, খোঞ্জেন রাযা নুংশিবী সুমতিগী অমত্তা ঙাযববা নুংশিথোইববা মপুরোইবা। অঙদি লাইবক ফবা মহাক অত কনানো ? ওহো নক্না লৈরি শোংনিদনা। কনানো ? হৈ মসিদি ঐনিদনা ঐ ( ফাক ফাক নোকই )।

সুমতিঃ — ( চোংথোরকপগা কন্না লাউবগা পাহুনা ) ইযু সেট অপা।

রমেশঃ — ( খংপ্রেক খংতুনা ফোটো থাদৈ সুমতিরোমদা চেনগে তৌবদা থেঙ্গাইদুনা তুশিনমীন্নৈ। হৌগৎনদুনা ঙাইহাক খর হোন্নৈ ) ইস ! সুমো হুই হৌদোংদা তান্না য়াম্রো যাকথবা নখোন্দুবু খংইনে অঙাওবী।

সুমতিঃ— ( থরাই তাক্লনা শিথ শিথ নোকচৈ ) নরৌল পানমন্দে নংবু। রাশিনা শক্তগীসু তাবে শক্না গুন্দগীসু নোপতে। খোয়থুম্লবা খোঞ্জেন্না শক্কীসু মগুণ ঙাকই।

রমেশঃ— ' বাহঃ বাহঃ সেংলেহে থাগত্তবা ঙমদেহে।

সুমতিঃ— ড্রামা পার্টি অমদা য়াউহনা নশাগী নগুণ অহ উংথোকপা য়াম্রো। করিগী রাঙাংনোনে তাবদা নুংগুম কনবী সুমতিগী থম্মোয় মহি চেনবসিবো। সুমতিগী নাপনগী হিমালয় চিংজাও রমেশকী য়াক্লবা নুংশি নুংশানা মহি শৌদোকহন্দুনা মাংহনখ্রে।

রমেশঃ— অওইবরনে রাহৈশিংহুবু সুমতি। হেরা কৈসু……।

সুমতিঃ— থাজব্রবদি টেপ রেকোর্ড লৌথোক্লগা হেক তাজো।

রমেশঃ— য়াউরিবসিদি ড্রমা নংসু য়াওরিবনে।

সুমতিঃ— করি শাদনা কবিদা কদাইদা য়াওরিবা।

মৈশ।— নংনা খম্বা নোংবান অনিগী মোংফম ওইরবী মোইরাং থোইবী, সাহজহান নিংথৌরেনগী আত্মাগী পোত্রাফম ওইনিবী মমতাজ, ট্রোই লৈবাকী মোংফম ওইরবী হেলেন, ভারত বযগী নুমীং তাফম ওই-রবী চিত্তোরগী পদ্মিনি, ডাইবংপানবগী মবুঙেডা বৃষ্ণগী মীংচৎ হেল-হনখিবী, বৈষ্ণবশিংগী মবেম্মা বাধা।

সুমতিঃ—ওহ! সোরি নহাক্না থোইবী অহুগী খম্ব, মমতাজ অহুগী সাহ-জহান, পদ্মিনি অহুগী রানা প্রতাব সিং, রাধাগী মবুঙেডা জগৎপু ওম্বা কৃষ্ণ হাঃ হাঃ হিঃ হিঃ (মহা লাম্না নোকচৈ) নোকপা খাং-লেপ্ত লেপ্লগা মখোয় অনিমক চপ মান্নবা) — "অপাম নুংশি কোবা লিলাহৃদা হাঃ হাঃ হিঃ হিঃ" — (হান্না থরাই তানা হৌনা হৌনা নোকই)

নহাকী রাইং খুদীংমক্ত টেপ রেকোর্ডতা ফাজিনহৌরগা হোরেন নহাক চৎপ্রগা ইতোম ডাইরবা কান্দা থোংলগা তাববদি নুমীৎ ১০ নিদং হিংলম্লগা শিজুত্রবসু পেল্লগনিদা।

রমেশঃ— অওইবরনে সুমতি। ঐদি থাজদেবো নংনা ঐবু নুংশিবমগনি হাইবসি। ডাইখো সুমো নুংশিবা হাযবা লায়না অসিনা নারবা রমেশ বাবু অসি ওসি সুমতি ডাক্তরনা লায়েংলগা হিদাক কাপ্লগা ফরি অহবু করিগুম্বদা সুমতি লৈতবা থোক্রবদি রমেশকী অনাবা কনানা য়েংবীগনি। শিরেনেকো হাঃ ওস্থাক্না শাথিগ্রবা লায়না হায়রবত্ত ওইবেকো। মসিদি ভশেংনা কেনসরমক্নুম্বনি।

সুমতিঃ— পাথংনা পীরকপা ইন্জীতনা লুপা চামডা পিয়া আলমীবা অমা থম্লবা A দগী Z ফাওবগী মযেক্না হৌবা মীংনা কোইগে কাযহৌ-বম্রবা, খরতবু কুচু ফজববা, মপোপ মতাং ফরবা, মনীং নুংশিবা, মীংচি খংপা হৈরবা পাথং খুদীংবু ওসি ফাওবদা সুমতিনা লেম্না থাখিদে হায়রবদি পামদনা তোক্তে অহবু পামজবা শকহেনবা মখোয় ময়াম অহুগী ভুট রমেশ........ ডাইখো ঐ থনবদা মমই করিগী নংবু অমুক নুংশিকবা....।

ইমুং মচুং

রমেশঃ— হেরা অহুদি ঐনা মুংশিমনবদগী হায়জবা কনমনবদগী নংনা তঙাই-ফদনা মুংশিবীখিবনিদা অহানবদদি ঐনা হুই খোংলগা নংনা হুই খৌজিল্লমইদা। ( নোকই )

সুমতিঃ— ঐ পোৎখাবা ওম্নরোই হান্নরো নহাক্কী করি অরাৎপা লৈরি করি শক্তি য়াংলি।

রমেশঃ— তৈয়ারি। অদুবু লুরিবদি লুহোংলেল। ইস! ( কোক হোংলি )।

সুমতিঃ— শেলগীদমক ৱারিবকো অয়াম্বা পুম্নমক ঐনা ——...... হাঃ হাঃ হিঃ হিঃ ( নোকচৈ শিথ শিথ )

রমেশঃ— ( হরাউদুনা চোংখৎপা ) ঙাইখো অদুদি ঐ য়ুম শেমলুখিগে। থরনা কল্লাং খারুখিগে।

সুমতিঃ— ঐগী য়ুমদা লৈমীন্নসি পাবুঙনা মী য়োকনি হায়রে অহানবগীদি ইকাইরবসু নমান্নবা অমগী ফজবা য়ুম অমদা থৈয়ো।

রমেশঃ— গুদ গুদ মহুনা হেন্না ফরে। গুদ রমেশবাবুগী হোপচাও মহৈ য়াল্লে লোটরি কাওরে।

সুমতিঃ— পাবুঙ লাক্লে। ( নুংশা থিনা )।

রমেশঃ— হা! ( হায়রয়গা কন্না হৌদুনা চেনখি )

Off

— — —

রমেশকী লাইরা থাংপোক। সুমীথাং

দিনেশঃ— ( ঙাং ঙাংদুনা থোরকই ) থরাই অসি চাক্লেকো শন্নিশো। ঐবু ইমুং অসিগা য়ুমলোন্নদুনা কয়াম কুইনা লৈখিদনো। ইস! থাও মনম অলিদি পুকসি মথক মখা থোক থোক ওল্লিদা মখোয় ইমুংনা মপাং

মচী চারবস্তু মনমগী বসতি ঐখোয়না চারিদনা। হকচানা অপোনী যুমদা থরাইনা কৃষ্ণগী নাক্তা হায়বত্‌ তৌরেনে ভঃ থো বসি …(চিন তেংবা শাই)… হাউখ্রেদা।

মহেশঃ—(লাইরিক অমা পাইনা থোরক্লগা ভাইহাক ফমতুনা লাইরিক য়েংই, খুমজিল্লগা চহি অমদা নোংমা নিনিগুম্বদং মীগী কর্ম চৎপদা চাগদবা তল অসিব মপুং ফাদ ফাদনা মচেৎ অমনা পুক থল্লকা হায়তনা লেল্লক-ইবসি লোইদাম কুইবেদকো পাজি। ঈশিং চাইশেন অমগা তনজা মচেৎ অমগানা পুকসি ৱারকপা ভমদ্রেদা।

দিনেশঃ— নখোয়না চাউবা মপুং ফারগা ইপাবু পোংথাহন্দুনা চানিংবা ইনিং শেংনিংবা ইথা, তৌত্বনা থম্বীগদ্রা হায়বগী অশাদা চাবা মশুং তুম্বা মচেৎ তৌত্বনা নখোয় তরাহুমদোই যোকপা হোৎনবদি চাউরগা নপা নমাগী মকোক শায়য় হায়তনা তৌবগুম থোকপ্ৰবোইদকো মর্থ।

মহেশঃ – ইমান ইমান্নবনা কাব অমমম নল্লগা স্কুটর অমমমদা ঐখোয় ঐখোয়গী ইমাংসিদা চিনিচম্প্রা নল্লবস্তু ৱাকচিংগী গুলাপ কুম্বী অমমমগা হুইস হুইস পাইখিবসি উবদা ঐখোয়দি বোম তুত্বনা হেক শিনিংইদা পাবুভ।

দিনেশঃ– শিখ্রোনা য়াবেনা, করিনো[ তৌবদদি খুসিদো ক্ষেত্রিপুবন ফংহৌনবগী খুশিদা যেংউ। প্লেন্দা বেলগাডীদা তোংলগা শিবদি লুপা লাক্ষ লাক্ষ ফংই হাইদো। শিখ্রো নখোয় তরাহুমদোইবু মরি মডা শিল্লবস্তু ময়েং ইতা তারোইনা হা।

মহেশঃ—(খোযদৌ শিকপা ৱাভাং অত্থ তাবদা খোয়শাওনবা) উম হে ঈশ্বব সিগুম্বা মপা অসি ঐখোয়সিদা ওইহনবীয়ুকো। হুম ওইদি ওইরম-লোই মপাং যাম্না নৈবমখিনি অহুনবু ভসি ঐখোযগী সমাজসি নুংশিৎ কাহুনা নৈবিবসিনিদনা।

দিনেশঃ—হায় মপা। ৱারকভম্বা মচা য়োং ভুট গধা কোলা হুই হৌদোং। নপুক

অহু পাইতুনা খাংলগা নহৈ অহু লোইশিন্নবা হোংনৌ। মীকোক খোংনবা গোংনৌ এ! করিগী চিনিচন্দ্রা হাঃ নাতোন চাবীদগীনা অা উথম্বাল অহুদগী থেইবীরৈ ফাউ লৈবগী মনুংদা অপাম্বতুতা শ্বরনা কামউ মঙারা তরারা মরাইনা স্নাগী কাটিনা হেক্লগা মনি মুক্তাগী য়েন্দাইদা হাপতুনা নমাংদা চিংতুম শানা কৎলগদৌবা।

রমেশঃ— ( চংলক্লুনা ভাইহাক ত'বক্লগা মপাগী মতৌহুদা মখা শমথরকই )

কদাইদগী গধানবু লমহুই নত্রগা নোংশা পোক্কনি। পাল্লাদগী হেল্লরোই-বনি ঐথোয়দি বীঃ এঃ পাস তৌরে এমঃ এঃ প'স তৌরে ওফিসাব নত্রগা মন্ত্রি কুণ্ডুদা থাদনবা দক্ষিনা হাওদ্রবদি বন্দা হুপ্লেক্লবী সতি সিতাগী দযা ফংবা শোইদ্রবনি।

মহেশঃ—পুক লোমদদি লাংবন থাগী নোংখোঙ্গুম গং গং কম ওন কম ওন হাযনা ফে'ল তৌরক্লবদবু ইমাংগী পাবানা কোক্তা চংউ য়াবদি হায়রুন্নু। যাম্নরাই চিঠী খেলা ফাওদ্রবা নত্রগা শেলগী বেগ খুন্দ্রবা নত্রগা বেঙ্ক লুট তৌবা যাওদ্রবদি পুক মচা অসিমহা মরিল ফুনবা ঙমলোইদৌরি।

দিনেশঃ— আঃ আঃ হায কোকচাউ থোপচাউ নংগী আশাহুদি বমবুলানিনে ক্ষোং পোকখাইবগদবা।

রমেশঃ— কান্নরোই পাজি হযেংদগীদি মপুক ফবা অমগী ময়ুমদা হুংভিগী চত্তুনা মচা মশুগী মনপ মতিন শিংপা হৌরুরো অহুগা ঐখোয় অনি অহুমদংগী থবক মচা অমমমদং ভীক্ষা নিরকউ।

সুলোচনাঃ— ( মকোয় ফারবা শরৎ ঋতুগী থাজনা উব্রক ব্রারক্তা নিঙাইদনা লিংথোরকপগুম লোৎপা য়াদ্রবা ফজরবা মায়থোংনা চমোৎনরবা ফিজে'ল্লক্তা শাৎকাইরী মচু তরেংনা, থোরকতুনা ) তাজো- তয়াই অমদি পাজি ঙসি মুমীদাং অসি দেম্বা ঙমলোইদৌরি। নিং উইশিনগে হায়বা য়াদ্রে কোক অসি ভাওরে, মীৎ তন্দন পাইরে। কৈদৌবগে নথোয় অমুক য়াম্ববো থরদংদি থৌরাং তৌবিদসিবো। য়েংবিয়ু পিক্লবা

ঃাংশিং অসিনা ইমা তল, ইমা তল, হায়হুনা কপ্পগা লাউবগা খোংবগা তৌবদা ইমাদি লৈফম থংত্রহুনা হুপ্পেল্লরুম্নগা অমম্বসিদা কৈদ-ম্নো চৎখে।

দিনেশ:— লাইবেন্না মগুন ঙাক ঙমদহুনা লক্‌ু কা সি হায়বহু তৌগদৌরি।
ইপাগী ইবেম্ম স্থলোচনা ইপাগী উপাই করিস্থ লৈত্রে ফম্নে পুন্না অমুক্তদা সিমীম্নরসি।

মহেশঃ— খম্নবা য়াবা রা থম্নসি পাজি অত্থগুম্বা চোইরোন ঙাংনবগী মতম নত্তে হৌজীক। অচাকপা মৈদা ঘী হৈজিল্লম্ন।

দিনেশঃ— ঐগী লমনি হায়হুনা য়েত্তুম মতোন্দা থম্নবা উফুল মরীক অমা কাও নৈ ব য়োল্লগা চাসি হায়মু নখোয় নখোবনা পীক্লিজৈদদি খুত্তং তিংথোকখিবদা খুবাক্তা শেল হেক্তা ময়াওরমই। হৌজীকতি নখোয ময়াম য়োকপা ঙম্নবা হোৎনবদা ওইদবা কয়া ঙাংঞে শেল হাৎপগী থিরবা মীংচৎনা ঐবু উর উরগা ইমান ইমাম্নবনা তিল্লাইখোম্বীগুম খম্নরে।

স্থলোচনাঃ— পাজি পাজিনা গুনিংদবা চাগনবা চয়াম পোকপা ওইরগা ইমাদি হৌজিক ভিক্ষারি য়ুমথোং য়ুমথোং য়ৈবী চিম্বিবী তৌওম্বী হুরানবী তারে।

রমেশঃ— হায়গুমদনা স্থলো ইমাবু কদাইদা চৎখিবগে উদেনে মুম্নিদাং অসিদা।

স্থলোচনাঃ— তজো য়েংঙোই কনানো অমা মথরাই খুবাক্তা হাপতুনা কন্না চেনশিল্লকইবসিবু।

(ক্সিমু শেৎপী অমা পোৎয়োম ১ পাইরহুনা কম্না চেনশিল্লরুগা ময়াম মমাংদা তুরৈ)।

স্থলোচনাঃ—(মমাগী মমায়দগী ফি অত্থ হাংদোকই। য়াম্না পাখৎনা) ইমা মাংলে মাংলে করি তৌরে ইমা। তাজো ঈশিং ঈশিং ইমাগী কোক্তা।

মহেশ:—চেনখিহুনা ঈশিং পুররক্লগা ঈশিং চাইবা) মঙলা তাইবঙলা তৌরিসিবু ঙসি ঐখোয় ইমানা।

রমেশ:—(পোৎয়োম অতু থোক্তুনা য়েংবা) সুলো ইমা অসে হুরানবীনি, মচা ময়াম থাকপা ঙম্নবা হোৎনবদা ঙসি ঐখোয় ময়ামগী ইমাসে হুরানবী ওইরবনি।

দশুগতি:—(তপ্না তপ্না হৌগৎলগা খুমজকই) ইমাগী ইবেম্মা সুলো চেং অসিনা ঙসিগী চবা ওইহনা তুমগ্রবা অঙাংসিংবু হৌদোক্লগা পীজরো অহুগা শেল অশিস্ম মফম চানা থমজিল্লু। থোং লোল্লু থাউমৈ মুথৎলু মপু তান্নহৌরল্লবনি।

দিনেশঃ—ইস হুমাং কাংলেনা ঐদি। ঙসি শুনিংদবা চয়াম পোকপা ঐবু থাক্লবা হোংনবদা ঐগী নুপীনা হুরানবী ওইরবী বিক্ষু বিধু শিখিবনা ফরেদা। হেবা করিগী শিরুগনো ঐনা মুং থুঙাইবে খুতুম শুদৎলগা তোকই, ঈ যালে খুৎতুম থাঙ্গোলনা লেনথৎলি। শিং যাল্লে থাংনহুম শোকই। ঈহৈ অমতমু হৈতে। ইচাশিংসু নপা ঐ লৌহুনা মহৈ মহৈ থবক অমতা শুনিংদ্রে। হুরাল্লু নুপী হুবাল্লু দেশ বাল পাত্রগীনি ঐগুম্বনা ককশি খত্তুনা লৌরবা নুপীনবুদি কৈদগী শোইগদগে।

সুলোচনা—মীখোল তারে ইমা মী তান্নরক্লে, থাউমৈ মুথৎলসি থোং লোনশিল্লগে।

(ময়াম মরি মরি চংখিবা)

Off

———

## ১/৪

## জয় সাহেপকী শঙ্গাই নুংথিল

( মেন্দা মুণ্ডাইরবা মাইথোং মকা লাম্নবা ওফিসার বাবু অসিনা মতোমতা ভাংজরি )

জয়:— মুণ্ডাইদকো জয় বাবু নহাকসে। মুণ্ডাইয়ু অহুনি শিরগা ইহে তোকপনি। শিদ্রিদৈগসিদা চানিংবা চাহৌ, থকনিংবা থকহৌ শেল হায়রা অমুক থোক্লববো। নবুদ্ধি নরেশিংনা লৈরাকসিনা হেক শুমদনা চাবা ভমইদনা অহুবদি। হুম মুণ্ডাইমনবদগী বারেদো শেলনা ঐ অচেৎ অকোম য়েংহনা শীংনরক্লে। ঐদি চেকশিন্দবা য়াম্রে। ( বোবো চম্প্রাসি কৌই ) আই বোবো কোকহুবু পুরকপা য়াদ্রিব্রা হা।

বোবো.— (মপুনা য়ানবা হোৎনবা মনাই। ফাঙ্গী তৌজবা হায়বহুদি মশাগী পীথোয়ক্লসনি অঙাং ওইজরবস্ু ) ঐজ্ঞা, গুরুদেব, বাবু সাহেব হুজুর য়ারনি ফানবিবা। ( গ্লাসকী কোক্তিহু থনমন্দুনা নিংথোবপা অহু উবদা সাহেবনা চৈরকই ) হায়বহুবু নখুং পোক্তুনা পাত্র অহু লৈমাইদা তাখিবা তারেনে, হাপ্তুং পুবকপা য়াদ্রে ?

বোবো — হোইনে হোইনে চুমইনে ইবুংঙো অহু হৈদোকখিবসু পাম্মূই কমদোসিনো ( কুং লাওনা থকক্লোই ) মহারাজ হুজুর সাহেব য়াখি-রোইদ্রা সনা মীয়েং কারন লাকপিয়ু।

জয়:— হায় মীনাই মচাসিগা ভাওশিংবা হায়মবু ননম অহু তত্তুনা ইশা শানিশে। থবক থেংলবা কানসিদা মানমুক ফাগি তৌজবা শারি।

বোবো:— আ সাহেব শাওখিবা য়াবোই। সুমতৌবা অন্দাজহুবু হায়জরিবা অমুক পুথোকচরক্কে।

জয়:— প্রপ প্রপ থুনা তৌরকউ। যেংঙোই ঐ থবক চৎকে তৌবনি চৎল-রোই হকচাং অসি মীৎচি য়াম্না তোইনা থৎলি মজল ওইরোই।

ইমুং মমুং

ঐনা খংজবি অমা লৈ নং গেৎ পানৌ রানোম্বা মী লাকনি। ঐ মীটাং চৎপ্রে হাইয়ু। মীনা কৈথেন্দু ঙাইরবনি।

বোবো:— মুংঙাইদা হে সাহেব, বাবু, অচৌবা ওইবা। ঐস্মু ওইবা রাবনি ওইরবম্ম হৈগ্রগদবা অহুদবু ইমানা ইপানা স্কুল কাউ স্কুল কাউ হায়বসিদা ঐনা তনগ্রবা। লাইরিক মশক হেক উবদা হকচাংসি মরেং মরেং হেক্তা মচৎপা লাইবিক তমগদৌ শরুকশুদি শজিক ফান্দনা ষন থাকচগে হাযতুনা ঙাংগনবা ফৃগনগ্রবা ইপাতুদা খুরুমলিবনি-দ-া লিন্দাত্নবু ওাযবিবা। মুংশিদকো হে পীতাজি ঙাংগনবা। নংনা হায়রা ইল্লম্নবদি ঐসে নহান্না মুপী অমত্তা ওইরবম্মু ফংলগদবনে। চম্প্রাসি বাবু নরাইবক থীখিদৌরিদা)

জয়:— নংসিদি মথা খরাপ ওইবরা হায়ববু শিংবদি যাম্না শিংলমইবা জাংনিদনা সিদি। নংদি চমপ্রাসি ওইবসিনবু য়াম্না পকপ্রেদা। নহাক মুপী যাম্না পাম্লেনেকো ফরে ঐগী নুপী তরেৎসিগী মমুংদা নঙোন্দা অমা পীবা তবে লৌবা ঙমগত্রা? (নোকই)

বোবো:— ইস হায়হৈদে মাংলে মাংলে চিন য়া শোকদবা বাবু রা ওইনা তাকপী মুর্খ ঐঙোন্দবু।

জয়:— মী থাজিল্লমুকো ঐ ঙাইহাক পোথাগে (চংখিবা)

বোবো:— মাংলবনে মনিপুবদি মাংলবা! ঐ খংলে, ঐখোয় সাহেবকী দোষসি পংয়াম য়াম্বা জাৎ নত্তেয়ে। লৌবা ঙম্লোই কিৎ কিৎ হেক্তা নমশিল্লম্বনি হায়রানি, ঐমত্তনা কব্রিনো য়াম্না ফংঙেনা। মথাং পীরিবনিকা হায়দুনা ওৌরগা ঐনা তজ্বাই অমগা খপ্পা হিঃ হিঃ। অরৈবা অশাবা মীহুৎনা থারুবা সারটীফিকেৎ থব্বা পাইরগা শেলবু পাইরবদি য়ারনি খংদুনা হেক্তা নম্লবনি বানি। লৌদ্রে ত্তৌবীদ্রে ফত্তে পোংই সিনিদো। রানোম্বসিম্নু হৈর হৈরবা লাকইনে মৌ নহাকাম্নু। মীনা লৌ হায়রবনিনা অত্তম লৌরেনে শেল হাবসিগি

কৈনা হ্রবদা লৈত্রবদী লুট ফাওবা তৌরিপোংনিনা হায়বা — ।
ইস রানোম্বা যাম্না লাকসিন্নু ঐঙোন্দদি কান্নবো।

সুলোচনা:— (ঙসিদি মচুম হেক তাবমখে কেবে। রাইফুনা শেংগকপা ফিজোল ওইবা তাই মহোশা মাগী লৈখিদে অসিগুম্বা ফিজেত্তি। চংলক্কুনা বোবোবু মুম্না চাগদৌবগুম যেংই)

বোবো.— (ঙাংলম্বদগী খংপ্রেক খংনা) যেঃ ইবেম্ম! (চপ লেপতুনা মমীৎ লাউথোক্কুনা ঙক্না যেংতুনা লৈব মখোয় অনিমক রা ঙাংনদে, অমনা অমবু নুংশিবগী মতৌনি মীৎয়েং অনি অসি। সুলোনা মোথোন নোকই বে'বোস্নু— মতৌ তমই, মথুং হাই বোবোস্নু হেক্তা হাই, মীৎ সুক্কোকই বোবোস্নু মতৌতমই, নমস্তে তৌই, বোবোস্নু তৌই সুলোনা চংশিন্দুনা মরেংজুমদা ইল্লুই বোবোস্নু হেক্তা তৌই হেনসেক অমুক তৌই বোবোস্নু তৌই মমীৎ ফাক্কোক্কুনা মতৌই বোবোস্নু তৌই, সুলোনা ফাক কাক নোকই বে'বোস্নু নোকই। চপ মাম্নুনা লেপই। চপ মাম্নুনা থুবাক খুমিনৈ)

সুলো:— করি মতৌ কৌবগে তৌবীরিবসিবু। করিগীনো ঐবু অদুক থরাই তানা।

বোবো: — ঐম্মা ও ই বম্মা ঐ নিপানি নিপা অদুতস্নু নত্তে পা'থংসু ওইরিবা যুম পান্দ্রিবা। তস অশেংবা হায়দোকচরেদনা। কমদৌই।

সুলো:— করি নিপানি হায়বগে মতাম্ননিনে।

বোবো:— ইবেম্মা ফজবা সুপী শুম্লাংলিথা পংথবা লাইদ্রিবা নুংশি ইনৈল লৈরিবা অদুগা যেংনিংবগী মথৌস্নু হন্দ্রিবা জরানে জরান _ তস সেৎলেদনা ঐনা কমদৌই।

সুলো:— ঐথোয় সাহেবপু লৈত্রো!

বোবো:— মীনা হংলবদি চত্রোকখি লৈত্রে. নংনা হংলবদি লৈরি পোত্রারি।

(অনিমক চপ মাম্না নোকমীন্নৈ, চপ মাম্না লেপই)




সুলোঃ— ঐবু অ... শেমগৎলোবগী হোংনরিবা নংবু ওইরোইয়ে। ঐদি সুলোচনানে সুলো...।

বোবোঃ— ও কৈফনে অদো ঐস্ন বোবোনে বোবো তস।

সুলোঃ— কমদৌনি সি নিপাসিদি ঐদি য়াম্না পামশিল্লক্লদৌরিনা মশুগ অমা লৈবিনে হে নং চৌক্তীক মুংশিশল্লুরা চংলো সাহেব কৌথোরকউ রারি অমন্না শাগে সুলোচনা লাকই হায়য়ু।

বোবোঃ— ইঃ মুঙাইবীবেদা মুংশিবদি ঐনা হানগৈ হাল্লগা কৈন্নু। ঙাইখো কৈদৌবগীনো পিকনিক হৌবা লাকইববো রানোম্বা লাকইবরো।

সুলোঃ— হোই খন্দবা য়াম্দুনা খনবা লাকইবনে।

বোবোঃ— আই মশানা যাবেনে। ইবেম্মা থোকপ্তোদা হয়েংদি খোল্লাওনা লাউখিনি পাউজেলনা পাড চেনখিনি লৈবাক শন্না শনখিনি চো চো মী উদিঙৈদা খোকখ্রো।

সুলোঃ— ইশা কেপ্তা উনজবগেদা ঐহাক। চংলগে।

বোবোঃ— এঃ এঃ ইবেম্মা মালে মাংলে ঐ কৌথোকচন্নকে রাইতিং রুমসিদা ঙহাক লেংথবীয়ু। (বোবো চংখিবা) ( জয় খোরকপা )

সুলোঃ— ( নমস্তে তৌই। মীংচি খোক থোক খৎচিল্লি, জয়স্থ মীংচিনা ওকই। নোকমীনৈ, মশাশিংত্থ উংত্থুনা লৈনৈ ) আ করিগুম্বা অমত্তা।

জয়ঃ—হেক্তা হাযবু। কবিগীদমক্তা নখোংমক খোংনা লাক্লগা অমুক ......।

সু.লাঃ— কবিগীবু ওইগবনোদা। থরাই কনবীযু আসিনিদনা)

সুলোঃ— করিগীবু ওইগবনোদা। থরাই কনবীয়ু অসিনিদনা।

জয়ঃ— আই নহাক মী হাৎলুরবরো হায়রিবসিবু।

সুলোঃ— ঊম ঐবু ফনা য়াম্না ইকাইবা পীবীগে খনবীরবসু ইকাইজগদবা ঐনদি ইকাইজগদবা লৈত্রবনিনা ...।

জয়ঃ— অত্থবু নিংবা রাহু হেক্তগক ত্রোং ত্রোং ....।

সুলোঃ— অতৈ অমগী নত্তেয়ে। খংদ্রেনে খংবীগদবা মীনা খংবীখিদ্রবসিদা।

ইচুং মম্লুং

ভুষমন্ত নিংথৌনা ভাইওবসিদা শকুন্তলাগুম্বী মরাইবক থীরবী মুপ মচা অমনবু অতৈ করি উপাই লৈখিগদগেনে।

জয়:— আই নহানগী রাকমতুগীরো।

সুলো:— মানে মানে থবরুদি য়াম্বনিনা ঐগুম্বা অমগী বাবু করিগী কাওবীবে.ই

জয়:— নশানা নশাবু য়ারববনে ?

সুলো:— য়ারবুনা—( ইকাইবা উৎলি )

জয়:—ঐবু ইকাই পিবীগদবগী শিংনবরা হায় রানি।

সুলো:—পুকপু ওম্বোক্লা মাংবিগ্রবসিদা।

জয়:— ফাগী তৌবনিদা সুলো য়েংঙোই ঐদিনে নংবু উৎমক্কুদা ঐগী লৈজবা পুম্বা কন্ত্রোকপা ভৃম্বগী ইচুল অমনা ঐবু ওম্বোক্লা লায়না জয় তৌব্রেবো।

সুলো:— রাকম অতুমক্লা থাজবা ভয়মগনি খনবীবরা ?

জয়:— কৈদৌবগে নংগী অপাম্বতু আনিংবা পুম্বতু হেক্তা মহায়থরো।

সুলো:— অহানবদা ঐবু চংজকম পিবীয়ু।

জয়:— আই সুলো নং ফাওবদি ঐনা ঐগী পুন্সিগী নুংশি থোজালদা খুৎ রাংনা থাঙজনা খোঙজেল রাংনা লাউহনা ভাইহনা ওক্কনা লৈবা লোইদাম য়ামশিল্লক্লবনীনে।

সুলো:— করিম্ব লৈত্রবী তোল্লবী শকথিবী ঐবু ননাইম্বুপী ওইনা থম্বদা নিংবা কয়া কাইবা অতু উবগা ঐনা থাংভমজরোই মুন্না রাখন তৌবীহো।

জয়:— রারেম কয়ানা মতম মাংহল্লগনু সুলো। নংগী শুন্দাংনিঙাইগী মশক ওইরবী শকমসিনা ঐবু ভসিদগী প্রেমগী বন্দি ওইনা অপাম কৈশুমশংদা ফাজিন্দুনা থমজবনি। ( চংশিন্দুনা মখাজাইদা মখুৎনা নাল্লি। মতাং অসিদা বোবো চংলক্কনা মখোয়গী মতো অতু লোন্না থুপনা য়েংহৌই )

স্থলো :— অহুগা মপু অমা ওইনা মাগী মনাই সুপীগী হৌরজবা খরতংদি তাবীযুকো ।

জয় :— বরিনো স্থলো ঐগী খৌরাংলবা থম্মোয়বু খৌরাংবা কোকহল্লিবা, লাংতক্করবা থম্মোয়গীদমক্তদি ঋতু তরুক্কী শক্তম লৌরিবী নংগী নিংবা থুংদবা পুম্নমক হায়যু । ইমা ইপা ইপুধৌপুম্বা নরক তাবা ওইপ্রসন্ন নংগী অশাবু ঐনা মপুং ফাহনগনি । ( নাকন অমরোমদা বোবোগী থম্মে য়নুংগী ৱাহৈ কযা মুকম মুকম শোনবা তাহল্লি ময়ামদা )

বোবো :— ওহ ! হে নুপী নংগী নতিক নগুনসি ভকইদকো য়েংঙুনেসে মাগী ৱাশকসে। কৈ ওফিসর অমগী অম্বুক মোৎলবা লমচত্তি ঐগুম্বা চপ্রাসি অমনা চুমথোকপীগদবনি ওসিদগী হে বোবো নং মঙাল অমা ফংলেদনকো । ( চংখিবা )

স্থলো :— ঐগী দাদা অনিবু মশক থোকপা মতিক চাবা থবক অমমম পীবীয়ু ঐবুম্ন থবক অমা পায়দ্রবদি ··· ··· ।

জয় :— অহুদগী ওইরে অভাওবী হয়েংমক হাপ্পীগনি । হায়যু করম্বা পোৎ পামই ।

স্থলো ঃ— সুভাইজরেদা ঐগী নিংবা থুংলেদনা ইবুংঙো মঙ্গল ওইবা ওইযুকো, চংচরগে ।

( মমিৎ মুন্না চান্নবা অনিক চংখিবা )

Off

— — —

১/৫

## সুমতিগী য়ুম/নুমিদাংবাইরম

[ রমেশ চংলক্তুনা মমীৎ উরু উরু লৈহৌগা য়েংই কনামতা উবৱা তেবল মথক্তগী লাইবিক অমা পাইখত্তুনা পারি ]

সুমতি :— (খুনিং কাংনা কাংনা চংলক্তুনা বামেশকী মমিৎ ফাক্তিল্লি। রমেশ মখুৎ অনিনা তুংলোমদা লাম্লক্তুনা মখাংদা কোল্লি, ভাইহাক লারু ফানৈ) মীনী ইমুংদা মপু তাক্তুনা চংলম্বদি করি হুরানগে হায়রুনা।

রমেশ :— ঐদি হুবানবা ফাবা লাকপনি।

সুমতি :— করি হুরানবা চংলক্লমলিবনো ?

রমেস :— হুরানবী অমা ফাবা লাকচবল্লিবা।

সুমতি :— কনানা কবি হুবানখ্রবা ?

রমেশ :— তৌভম্বী হুরানবী নহাক্না ঐগী চেৎনা থমজখ্রবা থম্মোয়বু হুরানখিবত্রদি।

সুমতি :— হৈমা ওম্মোক্না তৌভমেদকো, ঐবু হুরানবী শিখেনে। অত্রুদি হুরানবী ঐগী মতিক চাবা দন্দিদি পীবীরোদনা।

রমেশ :— নুংশি থম্মোয় হুরানবগী দন্দিদি ভসি হুরানবী নংগী ফংদবা য়াদবা মপু ঐনা শোইদনা পীবগদবা ত্তারো পীরগে — ভসিদগী হৌনা হুরানবী নংবু মপু ঐগী য়ুমদা পুল্লি চুপ্পা মীয়াং ত্তাদুনা বন্দি ওইনা থম্বা চৎনরিবা নিয়মনি।

( নোকমীন্নত্নুনা য়েংনৈ। রমেশনা চংশিন্দুনা সুমতিগী মরাইরক্তা খুদোনবীনা কারন চিংলুই )

সুমতি :— করিনো অত্রুদি ?

ইমুং মণুং

রমেশ :— তবেং লৈবী তৌরিবা। নংবু সুম্মাৎলিবা।

সুমতি :— ভাইখো রারেমহৃ তোল্লসি। নত্তে নহাকপু থবক অমা তৌরে হায়ববু অচুম্বরা। ঐনা লাম্না তাবরা ?

রমেশ :— উম তৌরে। অফবা থবকনি।

সুমতি :— করি থবক্লো ?

রমেশ :— হায়দোকপা পাম্মুইদা। নংনোকপনা পুক্নি তংখি তোক্কনি।

সুমতি :— হায়রো করিনে', থুনা হায়রো তানিংলেম্মী।

রমেশ :— তোইনা হংলকপ্রেদকো পাম্মুই হায়রগা।

সুমতি : ঐ শাউরক্কদৌরে শাউবল্লেবো। উম খাম্বা য়ারক্লোইদৌরে।

রমেশ :— হাই অভাওবী হোল শেলগী চিনি য়েনবা চেং য়েনবা ঘী থাউ পীবা থংভবা। ঐখোয় ইনাওম্সনে।

সুমতি :— এ: তুকজরেদকো শবিশো।

রমেশ :— কৈদৌই হায়বগে গুদশ লৈগ্রপোৎনিঙে। ঐনা হুবাল্লগা য়োমশ গদবা ঘী, থাউ, চিনি, চেং য়েংভুসে প্রলয়দা শেল ফংলগদবনে।

সুমতি :— ফোর গ্রেড ?

রমেশ :— কৈদৌই হায়বগে, ফংবু ফংলবদি ফোর গ্রেড নত্রবসু সভেন গ্রেড ওইববসু যারে হায়রুনা লৈরবনি। নরাইবক্তুম ইংবরা যেংউ। কেম্ব্রিডেট লিশিং অমা চনি য়াংখৈ লুমদোইনী মনুংদগী ঐখোয় ইচিন ইনাও থাবগা মী মংাখক খল্লি পোৎনি।

সুমতি :— ইস গ্রেজুয়েট অমনা ফোর গ্রেড ওইরবকো অহুগুম্বা ফোর গ্রেড অদুদা সুমতি ঐনা লৈবা তারবা ইকাইরেদা।

রামেশ :— আই আই ঐদি মহাত্মা গান্ধীগী সেবোক্কনিনে। কৈগু ইকাই বীদে'। ইকাই হায়রুনা কৈদৌনি চাকথাওনদি তোইনা টেলিফোন তৌরক্লে।

সুমতি :— থবক অদু তোক্লো ঐ লৌগে হায়রবদি।

রমেশ :— হাই অপংবী বি: এ: ঐদি হায়রুসু এম: এ: না ইজাম,

ইঞ্জিনিয়ারনা খোংউপ শেম্বা মুজী, ডাক্তরনা অকম লৈরবা হংবা ফক্লাংদা খোরি চীংবদো বীঃ এঃ না মালিস তৌগদবা উকিলনা কোর্ট মমাংগী হোটেলতুদা মীপং কৌদা চৌশিনবা আ কোর্টতা হাযবা মীষ্টর জষ্টিশকা হায়বসে ড্রমখিদ্রদনা চৌক্রিদা ৬াবগা (মতৌ তম্বা) ফক্লাংদা ভারগা মিষ্টর জষ্টিশকা হায়গদৌবা।

সুমতিঃ — এঃ করিগী অতুদি?

রমেশঃ— হৈমা অভাওবী মীদি নোংম নোংমগী কোলেরা মহীক পোক-পদৌনা পোকশিল্লকই। লমদি পোকখোবকপা লৈতে কদাইদা কৈ-দৌগনি। লাইরিক তম্নুরবনি হাযতুনা যনপোৎ খোযবস্থ তল্লিদো অভাওবদি চানিংই, ফজবদি শেৎনিংই। শেল খোকফমদি লৈতে! পোংকী মমলদি স্যুট অমদা লুপা ৮০/৯০৭ খেংগ্রাও অমদা লুঃ ২১০ অনোক অমদা লুপা ৭/৮০ যেংউনে নংবু।

সুমতিঃ — যুগ অসিদা ওইরিবা অন ইমপ্লোয়মেণ্টকী দষা অসিদি কিদি কিরক্লেদকো নত্তে অতুগা থবক অতুদি কমদৌনা ফংইবা।

রমেশঃ — ঐখোয ইচল মুপী শকপুদি ফজবী অফাওবী লাই হরি অমা লৈবদাইদো মানা শিনবীরীবনিনে।

সুমতিঃ — পৈশা মুংশাদি কয়াম তিংখ্রে।

রমেশঃ— লুপা লিশিং মঙাদগী ভাদনা তিংলগবদা ইচল মুপীতুমা তিং-লগা তোক্লে।

সুমতিঃ — করিনোনে হায়রিবা রাশিবু?

রমেশঃ— হেরা মথা তারকক্রেদা, ভাব তাদ্রগা তোক্লা। ভাইখো অতৈ লাইরি নংগী অরেপ্পা অমা হাইরো। চাক তাংবা কান-সিদী চথোক খোংথোকপসি চুমখিদ্রে। ঐগী পুকসি মুংশিংনা থনবীদে হায়বা ......।

সুমতিঃ — (নোক্তুনা) হৈমা ঐদি লেপগ্রবনি অদোমগী রাভা মঙাইরবনি চংলসি হায়বরো?

রমেশ' — ঐগীদমক্তা চাননা লেপপীরেননকো নহাক ?

সুমতি:— কুইরেনা ঐদি লেংদনা লেপলকইবা।

রমেশঃ — উহো ঐদি দুপী কোযবসিদি য়াম্না লুবোই নিংলুই। দুংশিন-বগকাসিদি লাইঞ্জপোৎনিদা। ঐদি দুপীসিদি থম্মোয় য়াম্না কনবরা হায়রববু ইকন কনপোৎ নত্তেদা।

সুমতি:— হৈ ঐখোয় বাবা লাক্লে তু। অদো থোক্লসি ঐ চিঠি অসি হান্না ইতুনা থম্লবনি মসি পাবদা পীরম্লগে ?

রমেশঃ — তেবল মথক্তা থম্ললো চেল্লসি। (মখুদাং পাইতুনা মথোই অনিমক থোবথি) (সুমতিগী মপা মুক্তন চংলকই)

মহন: — ইস সৈত্য ইনাক খুনবা ঐখোয়সিস্তু রাইদকো লাইরবনা চানিঙাই থকনিঙাই লৈতবগী রাবদোনা ইনাক খুনবা শেল লন থুমঙাক শেন-নবগী রাইনে। অনং কানসিদদি শেল পুগেগা, কৌ পুম্নেগা লাক-পসিনা ইঙাগী নোংজুম্ব ঙাইগ্রেদো। লাকইবা মীদাশিংতুনা মরোল অমা লৌবু লৌগ্রবদি দান্‌ ওইগ্রবোই নিংতুনা অহুম চুপ চাপ লৈগ্রগদৌবা ঙাক্তা। ইনাক খুনজনিংদ্রে। খুন্দ থুল্লবা অমা সরকার-দৌনা নিকাই থম ঙমগ্রবদি ফবা। মচানুপা কৌই (সুমতি সৃমো— সুমো (তেবল মথক্তগী চে অথুপ্পা অমা লৌখত্তুনা পাই) চিঠিগী

মরোনঃ —

পাবুঙ ঐহাক ঙসিদগী পাবুংবু থাদোক্লমতুনা মীওইপোক অমা ওল্লে) রারৌম্ব পাবুংগীম্ব অমা থোরাং তৌবীরো। ঐ হাও ময়াংদা নত্তে দিনেশকী মচা রমেশতনি। নিঙোল মবা ওইনা যোকপীগে হায়রবম্ব য়াগনি। (কপনোক্তা) হৈমাইপেম্মা ইবেম্ম। নংশে ঙক্লোক্লা তৌবা ঙমগ্রেদকো হন্দক্তী ইচা চেনখ্রিবসিদি মপা ঐনা হায়দোকপা চৎপা ঙাবিদনা। মীগী মচানা চেল্লি হৌরমক্লোই ঐগী ইচা য়ালেম ঙম-জীৎকুম্বীতুনা মীগী মচাম্ব খোয় থাতুনা অমম্ব খোয়দা থুবনি। হো

লাইবক ঐবু কমদৌসিনো। রয়োং চাখিদ্রেদকো পাঞ্জাগী পুন্সি। ফৈ ইচাগী মনিং থুংলগা লোইরে। পাথং লৈশাবীগী ম্রাবুদি হায়বদি যৌবনগী ঈনোংসিনা কাৱক্লবুদি কবম্বা হিমালয়নোনে থিংগদবা, মরমদি ঐ খংলে হায়বা ঐ থেংনরক্রে।

Oft

— — —

১/৬

মক্ষমঃ— রমেশকী শেরগাইবা য়ুম।

মতমঃ— অয়ুক পূং ৮ তাবা অতুরাই।

দিনেশঃ— (থোরক্লুনা ঙাংলি) ইমুং অসি মহি চেল্লেদকো শৈত্য শবিশো কবম্বা নুমিৎ খাদা অমুক্তা ফমজিল্লকখিবা! ইচাশিংসিনা চাউবক্লগা মপা মমাগী মতেং পাংবা ঙম্লক্লগা নুংঙাইব্রকখিদ্রা খল্লম্বা অশাদি সমুদ্রবু মাংজোং চোংগে খনবগুম থোল্লেদনকো। ইকাইখ্রেদকো ইচাশিংগী মমাংদা শরিশো।

দম্নমতিঃ— (থোবক্লুনা) মপা মচাগী মরক্তা পুন্সিসিমা কেমত্নুনা মাংগদগী শরুকপুদি মক্ষম কদাইদনো চত্তুনা সম্বোইত্নুনা অফংবা থম্বা চাত্নুনা শিবা ঙাইরুবনা ফরগনি।

দিনেশঃ— চোইরোলগা পাবোলগা নংবু তারিব্রনৈ?

দম্নমতিঃ— তাবা তাদবা লৈব্রা?

ইমুং মপুং

দিনেশঃ— তাউ:নেহে নচাগী নমৌ পুরকহৌরে হায়রিনেহে

দশুমতিঃ - হা: অওইরনে হায়রিবসিবু ?

দিনেশঃ— অশেংবা পাউনি। হৌজীক্তা লাক্লম্মিসিনি পাউ পীবা ইস কৃষ্ণ ন কমদৌসিগে ঐখোয় অনিবু ?

দশুমতিঃ - কু ফাং চন্দ্রুনা ঐখোয় অনিবু মাগী মকু বাক মনেমপোক্কী মমাংদা কংহনবা হায়হুসিদনা, লুহোং শেলস্থু থংবীরো হায়হনা।

দিনেশঃ— মমা। ঐখোই অনিমক ঙসিদি জেল চংউ তমগ্রমাল্লেদনকো।

মহেশঃ— (শাউনা চংলকই) খোইদৌ অসে ঈংগে য়াদেকো শৈত্য শরিশো। করি নুংগীনো ঐসিবু ইস! হৌজীকপু ইমুং অসিদা নুপী চেনশিল্লক্লবা! লুহোংবা তারবা! কদায়দগী শেল। ইকাইখ্রেদকো মীগী মচা অতুগী মমাংদা।

দিনেশঃ— ইবুঙো মাথা পিকপা মাথা শোন। করিগী অতুক ৱাবিবা হা। করিগী চিন্তা। তস লবাই মচাসিগা। সিদবু থোকহল্লিবা নয়াম্বা অসি জ্ঞান অমা লাক্লবনি। মশাদা মঙাল অমা লাক্লবনি।

দশুমতিঃ— ঙইখোও ঙাইখোও। ঐখোয় ইমুং অসি পুন্নপনা হু চাহুনা শিমিন্নরসি। উপাই লৈত্রে কনাদগী লুপা শংবা পুতনা লুহোংবা। লৈতে লৈতে, উপাই অমা লৈতে। হায়দোকপদি চংলুনি। মীগী মচাদি মমা মপানা লুহোংদবা যাদে হায়রক্কনি। লুহোংশেল হায়কবে পুক অসিদা থাদনবা লৈবাক লৈতুম ফাওবদা ঐগীনি হায়রবদা লৈত্রবসিদা।
(ফিঙৌ শেৎপা বোবো ১দি কহ্লাই চংলকই। মফম চানা চানা ফম্মদনা লেপতুনা লৈবহু. উবদা)

দিনেশঃ— এঃ অহুন লমন লাই গুরুজোনশিং পুন্নমক করিগী ওইরবনো ? ফিদা ফকপু অমত্তা লৈত্রেনে। অঙাং লাইরিক তম্বশিংগী চৌক্রি তেবল পুম্বস্থু চাক থোংনবা শিং লৈতহনা লোইনা থাদোকখ্রে। নংবনস্থু মঙং অমা ইকাই কাইরবনি। অফং অকংবদা অহুম জ্ঞান লৈরবা অহনশিংনা ফম্বিরো।

বোবোঃ— য়াম্না ফগনি মামা। মযাম পুন্নমক সুম লেপ্লগা হেক ভাং-নবা হায়বহ্ তারেদনা।

কক্সাইঃ— দেশ বাল শাত্রগী মতুংইন্না হেক লেপ্লগা সুম ভাংনবা হায়বহ্ তারেদনা।

বোবোঃ— সুম তৌবনি মামা। মামনা পোকতবা নত্রনে সুলোচনা হায়-রিসিবো।

দশুমতিঃ— হৈমা মানিনে কবি ববি তৌববগে?

বোবোঃ— কৈনো খৌনৌসিবু ই-পাট্টকা অমতা কংবিরমদ্রিত্রনে।

দিনেশঃ— তৌবৈনিয়ে তৌবৈনিয়ে মোই মমা শোইরোই সে।

দশুমতিঃ— হায়বীরিসিবু —।

মহেশঃ— চেনথ্রবনিদনা। হায়দোকপা লাক্লিবনিদনা।

বোবোঃ— হোয়নে হোয়নে চেল্লক্লেনে ইবেম্মা অদো। মতাং মতম্না চার-বদা হিমালয়না পল ওইনা ভাক্তুনম্ব লৈশাবী পাখং হায়বসিনা তৌবা ভমদবা থবক লৈখিদ্রেদা।

দিনেশঃ— ইয়া মাহক্তি ঐভোন্দা রুট মুট তৌবেদকো। শুমদৌবা ইবুঙো মহাক্তি মনেহোইদা চংকনি হায়রুদা চংথ্রগা চেল্লকপগী হায়দোকপা লাকপসিদা ভকচরবনিদা। ফবে অহুবু।

দশুমতিঃ— কনাদা কনাগী মচাদনো? হো ইমাগী ইবেম্মা ইমাবু মৈরক্তা লেপ্লে ভানা চোংবগুম রানা ভৌনা খাংলেদকো (হৌনা কপ্পা)।

মহেশঃ— করিনো ইমা। অস ওখোক্না তনথ্রেন্দকো ঐদি। চেনখবদি চেনথ্রেদনা, কপ্লগা করি তৌগনি। ফরে রাই শংলে।

কক্সাইঃ— ইবেম্মা কপ্লগনু, কপ্পনদি কান্নরোই। ঐখোযস্থ হন্নবা তৌরগে। হন্নবা হায়নগদবা তান্নগদবা পূম্বা লোইশিন্নবা তৌরসি।

বোবোঃ— মামা। আ নুপীমচাগীবুদি মরাইবক ফরবনিদা। ঐখোয় সাহেব জয়দা মানা মনিং মথা তৌনা লৈজগদৌরিবনিদা। লাইবক করবনি তশেংনা।

দিনেশঃ— করি অফিসাব জয়দা হায়বা অতোনবী ওইনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ ইস ব্রজনা কোক্তা ননবগুম খোক্লেদনা ঐদি।

বোবোঃ— বরিগীনো অত্রক রাবিবদি।

দিনেশঃ— লুহোং শেলগী ?

বোবোঃ— সে লুপা ১০,০০০ অসি পাইশিনবীযু। লুহোংবদি য়াম্না চাউনা হোংদবা য়াদ্রে। তল ভৌগদবনি। হবাগাডীনা মশিং থিগুমদনা পাক্রদোবিবনি। করিসু রানিংগাই লৈক্রে।

(লুপা মযামদু উবদা দিনেশ, মহেশ, দশুমতি, হেমা থকৎথিহুনা মুমা য়েংহুনা লৈবা)

বোবোঃ— লৌশিনবিযু লৌশিনবিয়ু শীন্নবদা ওকত্রগনু পাউ অদুম পীবীরকউ। অা অনৌবা নমাক অসিনা অসুম ইবাই হেক লাইনা মরাইনা শৌগৎচরক্লনি কৈসু রাকুগনু।

দিনেশঃ-- ইস ! ওস্তোক্লা ইকাইখ্রেলকো শবিসো অত্রবু তডাই ফদ্রবনি (লাইরবা কৌবা লাইনাসিনা নাগ্রবদবু কৈদগী ইকাইবনো। ফরে ঐ লৌরগে। (মখুৎ তিংথোক্লুনা পৈশা অদু লৌশিনবা। মখুৎ অদু থক ২ নিকই)

দশুমতিঃ— ইচাবু য়োন্দুনা চাবা তারব্রা ?

দিনেশঃ— নং ঐদা নত্তেদা মসি. যুগসিদদি চৎনবী ওইরবনিদা।

(মরক অসিদা শুমতিগী মপা মুহোন মশা নাম্না শেলগী বেগ ১ কোল্লদুনা চৈ অমা পাইরহুনা য়াম্না নাম্না চংলকই)

মুহোনঃ— সিবু দিনেশ বাবুগী য়ুম নত্রবরা ?

দিনেশঃ— বাবু মানি মানি কবি থবক্কী ওইরবনো ?

মুহোনঃ— উহো ২ অহনশিং ময়ামসু হায়দোকপা কেংবীরক্কে থৌরাংলম্লিবোই।

দিঃ— করি থবক্কী ওইরবনো হেক্কা হায়বীরো।

মুঃ— ইমুং অসিবু মীশিং হেনগৎপীদবরা করিনো ?

দি:··· উহো ২ হেনগৎপগী ৱাফমসি নাকোংবদি য়েৱরে মীৎনদি শাক্ষি ওইত্রিনে।

মু: ⸺ মচুগী ৱাফমচুগীনি। মুপীমচা অচু ঐগী ইচামক্তি। ঐমক্তা পোকচবা। অদোমগী নচাচুদনি হায়বসি ইশামক্তা চপ চানা খংলক্লগা লাকচরবনি। য়ারবদি লুহোংনবা তৌসি।

দি··· এ য়াম্নদি চুন্নবা ৱাসিদা হেন্নদি মুৱবা অমনা ফৈখিং তৌরেনে। নত্তে অদোম্নবুদি খংবীরম্বা য়াই হায়ববু ঐনদি করম্না অদোদবু থাজসিগে।

মু: ⸺ এ ইশামক্তা ইথোং থোংনা লাক্লবসিমক্তদা চাউথোকইত্রা কেথোকপিরিত্র; সেরা হৌজিকমক পুলিস পুরকতুনা ইচাবু ফাদোকনি। নচাসু ঐনা পূনিংবা মাইগৈদা পুবা তারি। কৈসু নত্তবদা যুমদাসিদা নৈবা মী মচাসিনসু মচি ইৎচবা শাবি।

দি: ⸺ ৱাদবু হায়বনি শাওই হায়চনসু খোল অহমক থাবদি ··। ৱাফম অসিসু ঐগী ইচাদি অদোম্না অত্তম ···।

মু:··· ফরে ৱাফম অসিদা মথা তাকুৱগদি ঐহাক অসি ··· ঐ চৎলে (মমাই নৈথোকই, মযাম পুন্নমক ভক্তা যেংবা)

দমু: ⸺ করিনো হন্দকী চাই শেন অনৌবা অনিসিবু। ঐখোয়গীসিমনা মাথং মরোল অমা ফুন্নিবা। অমুক্তা তপথনবীচুনা জ্যান তানা সেগা মাইগা হায়নসি।

ম:··· বাবা অশেংবনি ঐখোয় য়াম্বুংদা চেল্লকইবা মুপী অসি ঐখোয় মাইভোমক্তা হে পোকচবীনি। মফম মতম মতাংসু চারে লোইশিন্নবা তৌসিদা।

মু:··· হো অচুনি ঐনা পামলিবসিসু। ঐ অসি যুগ অসিদা পোকপা যুগ অসিগী হৱা মুংশিৎ ফংইবা মীনি। যুগ অসিদা চান্নগদবা ইচাসুপী ১ পোকলুহনা, যুগকী য়াওন ইন্দুনা, ঐ ইখোংমক থোংনা মুপী মপানা, নিপা ময়ুমদা হায়দোকা লাক্লবনিনে।

বাঃ— এঃ য়াম্না ফয়বা ইনজিন ঙাক্না থেংনবেদা ইমুং অসিদি। অসিসু ইনজিন অমা নত্রদে। টেঙ্কুম্না গিল্লি গুহা পংকাদা কারেনে।

দিঃ—রাগী রাগী মহাযনসিদা। ফবে হুজিক সেগা মাইগা খল্লবা য়াবা রাফম ঙাংন শকুরে। লেপ্পরসি সুমিৎসে অহুদা লুরিববু।

মুঃ— কুঠি য়েংলুবগী রাফমসিদা তোঙ্কসি য়ারগনি হংচিং অসে সুমিৎসু য়াম্না ফখে ..। করি হাযধগে ?

দিঃ— ঙসিদগী ঙাই শেন হ্যবহ্ ওইরবনিনা খুকুম্বা তারেসে— জয় জয় ( খুরুমই। মহৈ মহৈ ১গা ১গা খুরুমনৈ )

Off

— —— - -

১/৭

## জয় সাহেবকী শঙ্গাই অয়ুক

সুলোচনাঃ— ( থোরকই ) মশাদা শেংলি ইল্লিবা লিককোন ফিজোলবু উজরগা হবাউ মথোই কাজবা )
সি ওইরেকো নুংঙাই যাইফবা ইনাক খুনবদা ওংবা। সিননিদনা ইনাক কৈরাক খুনবা মী মখৈনা নহান মখৈ ঐথোয়বু উশিৎন-লমড্রিবসিদি। ঐস্মু মী উশিৎতবা হৌরেনা। য়াম্না লিকপসু হৈরে শাম্মুবা খংলে, পীথোকনিংদ্রে ঐ ঙসিদগী ইশানা ইশাগী-দমক য়াম্না চাঙথোকচরে। এঃ ঐ য়াম্না পেল্লেকো। মন্দা নুংঙাই-রেদা।

জয়ঃ ( মন্দা নুংঙাইনা থোরকই, হুই থোংই, মশাগী সুট ভাই, ড্রেস অহুবু য়েংজৈ, ইশৈ অমুক ঙংই )

...শঃ— হেপ্পী দে তু দে — থেঙ্ক ইয়ু।
হাউ হেপ্পী ইউ আর সাহেব।
আই এস কুইত হেপ্পী দার্লিং।
তিং তাং তিং তিং তিং তাং তিং --।

হায়বদি সিনিদাঃ— ঙাস ঐ য়াম্না নুংঙাইরে।
হে কয়াম নুংঙাই সাহেব।
ঐ য়াম্না নুংঙাইবে নুংশিবী।
তিং ...............।

(সুলোচনাগা মথোয় অনি চপ মান্নবা লোকমিয়ৈ।

সুলোঃ— করিনো তৌরিবহুবো মীনা তাখিগ্রগা ঙাওরে শোইদনা হায়নগনিয়ে। ঐদি তনঃখ্রে। ঐ হেক লাকপদগী ঙাওবে হায়ববদি ঐবু নৈবা য়াথিদ্রে। ?

জয়ঃ— আই সুলো নহাক কার তোংবা হৈগদ্রা নকোক ঙাওগদ্রে।?

সুলোঃ— হৈমা করিনে হাযবগে ও হৈয়ে হৈযে নহান, লুহোং থিল্লকপদা কার ৭ শিন শিন্দুনা তোংলকপগদি। ইস অহুগা সহেব ঘাইদগী নুংঙাইরবা হুমিংসিদি লুহোং থিল্লকপা হুমিংসিন্দিদনা।

জয়ঃ— চুমইদনা অহবুনি। হা অঙাওবী নহাক হৌজিক করী পামই।

সুলোঃ— কার তোংহনা সাহেবকা চংলগা সিনেমা য়েংবা ইংলিস ফিলম ব্লু হোল্ট ব্লু কোল্ড নত্রগা রেন্স দযটর (চপ মান্নবা নোকমিনৈ)

জয়ঃ— ওহ সোরি ও। নঙ্গে নংবু ঐসে ঙশেংনা নুংশিরেকো। চান্নবা নৈবা তারেকো।

সুলোঃ— মপুরোইবা নুংশিদবা হুপীবু সতিরনে ?

জয়ঃ— ওহ ! নহাক সতিনি সিনিনে।

সুলোঃ— সাহেবতা ওইহনবীসু হঙ্গৎচরিবা (মীৎচি খংচিল্লি)

জয়ঃ— থাজদেবো ঐদি। নংগী সাইড মেন য়াম্না কৈরিনিদা হায়বদি সাইড ইনকম ফংনবা।

ইবুং মন্নুং

সুঃ— ঙক্তা ঙারবা মপুরোইদনা থাঙবীদ্রবা ঐবু নুপী ওইনা হিংবগী কা[illegible] কাম্নরিবগে। ঐদা হু চাদুনা শিজঞ্জে ঈ. ঈঃ (কপশিন্নৈ)

জয়:— (নুংশা থিশিংদুনা) হায় হায় অঙাওবী যাগী তৌবনিনে। বরিনোনে মসিবু। অস্তম মপুকচেল শেংবী হন্নুবদা লৈবা ঙশী নংবু ঐনা থাগৎলগা! করিগীনো নংনা ওইনরিবসিবু।

সুলো:— ঐখোয় সাহেবকীদি ঐগুম্বা ৮ গী মফমদা শরুক ৮ থোক্না যেন্থোবখিবনিনা নুংশিবগী চাংসি ঐনা ফংজরিবসি মথা ৮ থোকপগী শরুক ১ তনিনা ঐনা থর্'ই হকচাং ২ মক তুনা ভক্তি থমজনা হুংশিজবনি।

জয়:— ইবেম্মা নচেম ৭পু ঐনা হৌজিক করিস্ব থনবিদ্রে। ঐনা ঙসি খল্লি পুং ১৪ সিদা নংতগী ফনবা নংতবু নুংশিজবনা।

(পুন্না নোকমৈন্ন)

সুলো:— নত্তে সাহেব ঐ অসিবু লৈবাক অসিগী ফয়াইবা অমগী তালোই অতোনবীনি হায়বদা য়াম্নমক হন্থরবরনে?

জয়:— লৈবাকী বা থংদে ঐহাকীদি ঐনা য়াবি, ঐনা নুংশিবি, নহাক ঐগী মতিক চাবা নুপীনি। নত্তে সনাসিবু খরা বাংলিবরো। ভকথম-দগী বাংলিবা শরুক অসিবু কয়ানা মেল্লগা ঙক্কদগে।

জয়:— আ মেনবানিংলিয়ে। সে ওইবেকো নুপী নুপাগী মবি হায়বদো তৈমা সাহেব রা অমতা হঙ্গৎচগে। ঐনা লৈশারিতৈদা নুংশিনখিবা পাখং ৫১ হু অমতা নিংশিংদ্রেনা কৈনে হাংবগে (নোকই)।

জয়ঃ— হেরা নংসু (শাওনিংবা উত্তুনা)

সুলো:—ফরে ঘবে পানা শিনশি হায়রবদি মোহোর ৫দংদি চংবা তাইয়ে।

জয়:— পংয়াম য়াম্নদি হায়দেনা! মানিনে ২ ঐ য়োকপা লাকপা নুপীনি নে (ওনশিন্দুনা বোবো বোবো কৌই)

বো:— করি ওইরবনো মোইগী সাহেব (কোফি পুথোবকপা)

জয়:— কনানা থরবা কোফিনো কনানা পুরকউ হায় নঙোন্দা?

বোঃ— মসি ঐগোয়গী ইথৌনি মপুনা থরুনবনী ;

জয়ঃ— হোয়নে হোয়নে থবক ফবা কোঙ্গেং কোকফাই নপুন্সিগী প্রমোসন কারোইদবা ।

বোঃ— এঃ ঐ পতাল য়ৌহনবীবেনা ।

জয়ঃ— য়েংঙোই স্বলোগী ডকশম ফন্নবা উপুদগী লুপা ১০,০০০০ দং লৌথোরকউ ; সে সে ( সো পীবা ) ।

বোঃ— এ ঐখোয ইবেম্মদি সনানা হাজং য়েহেনা । মশাবু উদ্রেনে, সনা ঙাক্তা উরেনে । সনানা নন্দুনা মশাবু চংপা ঙম্মেরোইনে ।

স্বলোঃ— নহাক্না ৱাবিরিবরো মহুবু ! ঐখোয নুপীদি সনানা নন্দুনা শিরবসু শিজরগে হায়বিবনি লৈতৈ ৱানি ।

বোঃ— মাংলে মাংলে । (চংখিহনা শেল পুথোক্কুনা পী) ।

( দণ্ডমতি, দিনেশ যিংজোলদি চমোৎ ২ মচানুপীগী যুমদা লাকই )

দণ্ডঃ— ইবেম্মা — ।

( কনাবতা খুমদে মচানুপীনা মমীং শুক্কোক্কুনা য়েংই, জয়না মমাই লৈথোকই । বোবোনা ফীদা থাই )

দিঃ— ইপাগী স্বলো । করি বাবহারনো ইমুং অসিবু ।

জয় — ( খোক্কে তৌই ) ঐহাক করিগুম্বা থবক ১ তঙাইফদনা চত্তবা য়াদ্রে অন্থুনা ··· ।

দণ্ড — মকু ননেম লাক্লগা কৌবা ফাওবা কৌদবা অসিদি সাহেব বাবুশিংগী থোগলোল্লা নত্রগা করি করম্বা ৱাকমদগী নুঙাইনদবা ১

স্বলো — ইমা ! ইমুং অসিদা লাকনি খনত্রিগেদা ইমা ১দি পাঙ্গীনা শেংকদবা ফিজেত্তি করম্বা শেংকদবগে হায়বনু খনবিরকপা য়াত্রা ?

দিঃ — ইবেম্মা নং উচীদা অমুক হন্নিসগনিকো ,

দণ্ড — ইবেম্ম শীজা, ইমা লাল্লে । নমা অঙাওবী অপংবীসে খন্না ৱারক-পীযু ।

জয় :— ঐহাক থোকচরগে। ইহাক ফম্বীহৈখিসি, আ ঐগী মায়স্থু থরদি য়েংবিবা ফবনি। বোবো কার ড্রাইভর লাক্লবরা ?

বোবো :— ওসাইনা ঙাইহনা লৈরে। সাব! লেংলসি মামাগা ইনেগা ঙাইহাক অচেৎ অকোমগী রারি শাবীহৌখো নচাগুপীগা (থোকমীন্নখিবা)

সুলো :— নত্তে করি থবক্তীবু ওইরবনো পাজি অমদি ইমানা নচাগী য়ুমদা স্না খোংলেংবীরকপসিবো।

দিনেশ :— এঃ ইচা ঙাওড্রিদনাসিদি। ঐদি মচেমশিংনা শেমজিন্দুনা ঙাউহল্লবরা থল্লুব। ইচা কৈদৌদে ব্যবহারগী মথক্তা থোগজোন কয়া তোংবা ওম্বা রাইহ ঙাক্তা শিজিন্নয়েনা। ইবেম্মা মতুংদা ইপা- হোই অস্নুমা থক লাক্লরোইকো। নমাসিনগী ফৈজোন অমত্তগা ফুরিৎ অমত্তগা রাইকচো হায়বসে শিগেখৈ য়াদবা।

সুলো :— হায়যু ইমা করি কবম্বা অরাৎপা লৈরবগে। তাজো তাতোনস্থু শেল থরা থরা পিশিল্লক্লরো ?

দণ্ড :— নং তাজোনা য়ুগী থরচ নং তাতোননা জারগা ডেরালিগা অনিগী শেলহুন কোম্নদ্রেনে ইবেম্বা। য়েঙোই নঙোন্দগী লুপা ১০০০ তা পীরকখো। নহান নংনা পীরম্বা শেলফম অহুদি লাইশ্রমগী নং মামাগী অহুম ইনখৎখ্রে। আ ননম্মহুনস্থু লুপা ১০০০ অনিবুদি পীরকইদা মহুনা শোইবমগী নং নতৈগী শিংখ্রেদো হৌজিক্কীসিনা পুক্কী।

সুলো :— করেসে মখা তারগনু নাকোং অসি শিংজা য়ৈরে। ঐ শোই দনা মীরা তাবা তারে। য়েংঙোই লুপা ৫০০০ দং পুজো মসিনা শিন্নরুরো ওসাইদা লিক শাননবগী পীরম্বনি।

দিনেশ :— নংনা মহুদা করি হায়না খুমদোরিবা ?

সুলো :— মহুদি ঐগী রানি। নথোয়না খুম্নীগদবা লৈত্রে চৎলো পুরোসে ইমা ? [ লুপাছু পী, দণ্ডমতিনা লৌই ]

দণ্ড :— ইমাগী ইবেম্মা লক্ষ্মী নংসে ইমাবু য়োকে লাকপনিকো।

পুক্লিয়ুকো। অহুগা নপুবোইখনদি য়ানবা লৈয়ুকো। ভরাং নহানতা মীগী ময়ুমসিদা লৈরগা চংলিবা লিচং-শজংসি তৈনরেকো।
নচেম ময়ামশিংসিনগা ত্রো ত্রো তৌশীনচনা লৈয়ু।

দিনেশ :— মপা দিনেশ ঐনা পোকপা ইচানবু কৈদগী শোইগদগে মমা নংনা হায়রিবসিবু।

সুলো :— ইমা ঐদি ইচে অমত্তুগা কৌনদে মখোয়নসু শাউত্থনা অমত্তা চংলক্তে। ঐদি মীগী রা থংদে ইপুরোইবনা য়াবিরগা লোইরে।

দিনেশ :— উম মুডাইদকো হে শেঙ্গাও পাইবা বাবু সাহেব। মুপী লোনবসু অমুম ত্তোববদি য়ানিঙাই খংননিংঙাই লৈত্রেদনসে লে'মু মুম্না লোনবগী জাত্তি।

সুলো :— পাবুং সিদা লৈঙৈদগী নচাসি থংফ ফজরত্রা অহুগা মওং অমম ত্তোবেদা অমুক মৌরিবা ঐঙোন্দবুনে সাহেবতা থরা পীখো অহু থরা হায়বীযু অহুদা থরা ভাংনবীযু হাযহুনা ঐঙোন্দা কংলরিবা লুপাসে লুপা ১০,০১০ শুবেদো অওইবা থাজত্রো?

দিনেশ :— বাহ বাহ গুদ গুদ। ইবেম্মা নংদনিহে ঐগী অশেংবা ইচাদি অতৈনা নমাগী মচা। সিনিদনা ইচা পোকচখগী মহৈ য়ানবা হায়বদো করে অতৈসু ভম্না পানবা য়াবা পালহল্লগে ময়ুমসে।

দণ্ড :— ইবেম্মা ঐখোয় য়ৌরগেনে অহুদি। (দিনেশ, দণ্ডমতি মচাবু হম্না হম্না য়েংলম্নগা থোকখি)

সুলো : (হৌনা নোক্তুনা) নহানমখৈ চরা হেনবদা য়াং কংলম্নীবী শক হেনবী সুলো ভসিদি চামন্দুনা বোরোবী কারেদা। কমদৌরগা সনা মচেং অমত্তা শিশিগে খল্লমহু ভসিদি সনানা হকচাং কুপত্রে। খুত্তা লুপা মত্তাতা পাইবদা লুপা লিশিংগুম খল্লমহু ভসিদি লিশিংসে লুপাগা মান্নরেদো। সাইকল তোংবা ফংদহুনা মীগী কেরিয়ারদা তোংলমহুনা ভসিদি কারদফাও তোংনিংত্রেদো। নত্তে ঐঙোন্দা শেলগী সনাগী দরকার লৈত্রে। (ভহাক খল্লি) ঐ হনুবদা ওংইনা হুক

মসিদি মীনা নোক্নে অদুদি মাবু হাক্তোকপা ওমদ্রগনা ঐ মীরৈ-
বাক্তা চেনখিবা। মতাং অসিদা কনাবু খুংলাই ওইগনি য়েন
খোবো লৈরি। ঐ মায় পাক্লে।

(বোবো কপ্পা চেনশিল্লকই)

বোবো:— ইবেম্মা লুপাদু পীরক্লো সনা অহোংবা কাইগে হায়বা
লাক্লে লেপহৌরসি হায়য়ে সাহেবনা।

সু:— ওাইখো তাদা বোবো নং — ঐবু মুংশিদ্রা?

বোবোঃ— হৈমা ... মুংশি! মৈত্তা মুংশি।

সুমতি: — অদুদি ঐসে নংনা লৌরো হায়ববু য়ারোইদ্রা (ইকাইবা উংপা)

বোবো:— কৈনোনে ক্রেক অসিনা ওাংবসিবো চথোকউদা —
(ইকাইবা উৎপা)

সুলো:— যেংভোই ঐ রাকম অমা হায়গে। রাকম অসিগী মরিদা
কনাগুম্বগী নাকোং ২ সুনা তাতনবা য়াবা নত্তে। নরৈ ২ সুনা
লোংবা মাদে। ঐনা রাশক্তুনা হায়রি

বোবো:— ঐ কিবনা কপ্পাক নিক্লে।

সুলোঃ— ঐ তশেংনা হন্নুবসিবু মুংশিদুনা পামদুনা লৈরগে হায়দুনা
লাকপা নত্তে।

বো:— অশেঙবরনে, অওইববনে।

সু:— নং ঐ চঙদুনা সাহেবকী বেঙ্ক একাওন্টতগী লুপা ৫০,০০০ অসি
লৌথোক্লসে অদুগা প্লেন টীকেৎ কক্তুনা দার্জিলিংদা চেনগ্রসি।
সিনেমাদা য়েংদুনা লেনগদবনী নঙ্গী সেবাদা নিংথিনা তৌদুনা লৈগনি।

বো:— হৈমা অদুদি য়াম্না ফবা রা ওাক্তাননা ফবে অদুম তৌরসি,
ঐনা ক্বাগী দুকান ফমগেকো দার্জিলিংদা।

সু:— ঐ লম্বী পুম্বা শিনগে লাক্লো। সাহেবনা হায়বদু চৎলুম্ম, ঐনা
থোকপা তৌগে। শেঙ্গাবা লৈবাকী মহিক অসি ওকচাও থেক্লে,
ঈ থক্লে। মৈ মম্বা

স্ক্রিন তপ্পা চিংশিম্বা

INTERVAL

২/১

## সুমতিগী য়ুম/নুমিদাংবাইরম

( হবাও মথোই কাবিবা সুমতি মন্দা নুংঙাইনা ঈশৈ শরুকতুনা মপুরোইবা হল্লিল্লকপা ঙাইরি। )

ঈশৈ— পেম্নাইদবী হে পুক্লিং
পেঞ্জহৌরো নহাকসু
কোবো চাম্মা ঙাম্লবে
থাজ লিশিং খোক্লবে
নঙগীদমক্তা ওইররে
পেম্নাইদবী … ॥
নঙগী নিংজ মুত্তিনা
নঙগী মাঙদা লেপ্লরে
নিজনিংবা নিজহৌরো
নিঙমহৌরোই অমুকসু
মাঙবা নাইবা অত্তিনি
পেম্নাইদবী …. — ॥
কোরৌ মাসু তাখিনি
থাজ মাসু চঙখিনি
মতম খোংলোই তুংইন্না
পেঞ্জহৌরো হে পুক্লিং
নিজহৌরো পেম্নবা
পেম্নাইদবী হে পুক্লিং
… … …. …

রমেশঃ— ( য়ু ঙাওহনা হাইরং তুরং চংলকই ) গুদ সুমতি।
ডিন্নার বাইক সিং লোং গানা বজাউ। সিরে ঈশৈ চঙলে ঈশৈ।
মীওইবগী অন্না মুঙাই অনিদা তৎন-থান য়াত্রবা ঈশৈ। উম শকউ
মুংশিরবা শোযথুম্নবা ঈগে অহু। হাউ হেল্লী মাই রাইক।
সুমতিঃ— মীনা তান্নগা নহাকপু — হৈম্মা —।
রঃ— হাই অঙাওবী ঐনা বাবদা মীনা মুংঙাই মীনা বাবদা ঐনা মুংঙাই।
মীগী বা খংদে মুংঙাইবা য়েন্নসি ম্নাদে অরাবা খান্নবসি ম্নাদে।
তুং —।
সুঃ— হৈম্মা মাই দার্লিং রোমিও নহাক য়াম্না মুংঙাইরবরো। করিগী য়ু
থক্লিবনো। য়ুনা মীওইবা ঐখোয়বু কংগুক লৈখা তাহনবগে হায়বত্থ
নহাককুম্বা গ্রেজুয়েট ১না খংনা খংনা উনা উনা নমিৎ তাং নমা
পংলবদি সমাজ অসিদি করম তৌবা তারে।
রঃ— আই সুমতি নহাক খঙত্রে। ঙসি নহাকী রমেশ অসি য়াম্না
মুংঙাইরে। চয়োল ১দা কুমিং হুয্নি চরা হেল্লবা রমেশ অদো ঙসিদি
সুমতিবু লৌকঙে চানিংবা ইনিং শেংনিংবা ইখা কোইনিংবা কোই
বয়াদা নিংতম্না মুংঙাইরবা ( য়ু অমুক হৈহনা থকই )
সুঃ— মুংঙাইনবা থকপদগী হেল্লিবা ঙাক্লনি ম্নারবদি কৈদৌবগে য়ু অসি
শম্নরবিগম্নবা।
রঃ— মীওইবা ঐখোয়না নিশাবু থাদোকপা ম্নাদে কনানা চুরুটতা, কনানা
কাদা, কনানা গঞ্জা, কানি, য়ু অার মহাক মহাক্কী অশাম্বা
হৈনবী … অদো ঐনা য়ু হা হা — নহাকসু থকউ কৈগু কাইদে।
চাউথংলবা লৈবাক কয়াদা মুপীনা য়ু থকই।
সুঃ— অকবদি মতৌ তম্বা য়াই ফত্তববুদি মতৌ তমগনুসি। ফরে নহাক
য়াম্না মুংঙাইরেক্নো। মুংঙাইবিয়ু য়াত্রবনিনা। মীরক তিনবা ঙম্নবা
থকপিরো। খাম্বা য়াত্রবনিনা থৌজিনবা তারে।
ইপাগী লৈরিবা লল থুম পুম্বা হৌজিক নঙগীদমক্তনি। মুংঙাইবিয়ু

মীওইনা পোক্রবদি সুংঙাইবা হৈবা ঙাই। মরমদি ঐখোয় মীওইবসে খুদোংথিবা অবাবা কয়াগী ঈরৈদা তঙনা লুপতুনা লৈ। শিন্দনবকীদমক পোক্রকপা মীওইবনি।

র:— হো অহুম হায়গদবনি। সুমো ইকুবোক কদাই চৎথি। ঙাইখোনেহে ঐখোয় ইকুবোক অসে ঐদি অঙোক্লা সুংশিত্রেদকো সৈভানা শাক্কি। নহাক্লা নখোয় কাদয়বু সুংশিবদগী ঐনা সুংশিবনা হেল্লবশক্রা নিংইবো ঐদি সুমো।

সু:— কৈদৌবগে মহুন্সু ঐগী লাইবক ফবনি। ঐখোয় ংদং সুংঙাইনা লৈসি। য়ুদি থক্লমুকো।

(মুহোন চংলকই)

মু:—নিপামচা নহাক নমীৎ অহুম্সু ঙাংই লৈয়েংসু ইফাই ফাই নশাম্সু হায়রং তুয়ংই নশা অহুবু ঙমদবরা হা?

র:— (খুয়ম্বা) ইকুবোক জয় জয়। (উপশিনগে তৌই মহু শুমতিনা উরহুনা শাথংনা ইক লাউরকপদগী অকিং অফাই ওইনা ফুক হৌগৎপদা তুশিনদি তুশিনহোত্রে।

মু:— ওক্লে ওক্লে অতো। কয়াদা সুংঙাইত্রবনোনেসে মকুবোক্তা মাগী ব্যবহার অসি। হৈদকো সৈত্য নোরোক হেক তাপ্রগে মুহন নংসিসু ইচাসুপীগী ইমাক খনবদি। লৈকাই অসিদা মুহন ঐবু সুংশিবসি লৈথিত্রবনি। তুম্মিং-কাংনফাউ ঐবু উরপা চিকদৌগী কোয়তান তাম্নরবনি। মীনা ঐবু সাইলোক হায়রগা খংনরবনি। লীকপা কুপ্পা হৈবা শীংবদা কনানো ঐগী লম্বা ঐগী থুঙং লৈকাইসিদা লৈতবনে।

র:— ঐবু অমুক লুনা তৌবিরিখা ইকুবোকপু সুংশিত্রিবা মখোয় অহুদি ঐগুম্বা লাইরবা ঙাক্তা ওইরিনিদা। লাইরবনা ইনাকখুনববু সুংশিনবসিদি ইকুবোক হায়হুনা কাম্নদে কাক্তা শাইয়োংগনিনে ঐ খংলেম্মি কামজেসে মহুগী মাহু।

মু — মী ওইগে হায়রবদি ঐগী ইতৌ তমউনে মখোল। পুংগা ১০০ পুগে লাক্রবাদ চনিংগী মশা পুরক্কদবনি হায়রু। হায়নখিবা মুমিত্তগী মিনিট ও চোম্পংদা মাগী মাল মৎকদবনি। মপোক মুমীৎ নগী মুক্তুরেনতীগী মপোক মুমীৎ লৈপাকপোক্কপা, ইরাই, নোংমাইজিং, খাংজদা পৈশা পিখোক্লমু। লৈতবা লাইরবা অনংবা খীরগা শেল পুহন্দুনা শেন্দোয়তনা ময়ুম ইখোল মৎকদবনি। উরেদনা ঐগী লৌ, ইখোল য়ুম কৈ। ভীক্ষা নিবদা দান তৌবগী মুগ নত্তে। হৌজিক মহৃমস্থু তোক্কদবনি।

সু:— পাবুংদি হিংচাবনি মথংগী মপোক্কদি ছুই-হৌদোং ওইনা পোক্কদবনি, খংবিদেনে মসিদি।

মু:— ই: বিষ্ণু বিষ্ণু ইবেম্মা! ভাইখো মথংগী মপোক হায়রিবসিবু কনানা খংলবগে। ঐ ওসি শিরগা হয়েং কদাইদা করি ওইনা পোক্কদগে নত্তে শিরগা হিংগৎলকপা হায়বদি চহি ১/২ কাম্নরগনিদো নত্তে অমুত্তা তাকউনে। নখাক্তাই খুবাক খাগদবা রাবু হেক ভাংলে মথংগী মপোক্তা হঙোই ওইনা পোক্কে পোকসগ, শামু ওইনা পোক্কে পোকসনু ঐনা খংলুগদবা নত্তে হৌজিক ২ হিংসিঙৈসিদা শেল পাইরগা মুংঙাইরগা লোইরে। ভাইখো টেবলদগী সিবু করিনো মচুবু কজগ্রেদা।

রমেশ:— ইকুবেক মহু চাবা তুম্নবা খ্বাং নাবা কনবা, মুংশং কনবা হিদাক্কি অঙ্গুরদগী শেম্বনি।

মুহন:— ওহ নশা ওমদহনা শিজিন্নরিবনিবে। ঐসু পুকসি মুংঙাইতে শিক্কা থক্কেদনা। কয়াম খক্লগা কগনি চাংহ খংনা হৈরকউদনা।

রমেশ:— পাবুংগী পিয়ুদনা সুমো।

সুমন্তি:— পাবুং মোইগী ইনেহু হন্দক মরক তোইনা লাকই করী থবকীনো?

র:— হাই অঙাওবা মীনা হায়রগা থওইদবসিবো।

কদাই হৈরকউনে।

মু:— ঐ অম্বাইকাউ চক্রোকলুগে নখোয় খোকপা তৌহৌরে। নখোই নকু নম্বাকসিগী কোইনদবা মংগৌসি উবদা লৈকাই মীনা খুবাক খুমহে।

র:— করিনো মহাক্কা অম্বুক চক চক চবেং চবেং হৈরকউনে হুমো।

মু:— তনজক্রে ঐদি হিংচাবসিম্না (হৈহুনা পী) শে য়াম্না শক্রুবদি চাকখাউ শারুদখলি হায়রবনি।

মু:—(গ্লাসতা য়েক্লগা) ইস ফজক্রেদকো (থকচিনবা) ওহাক লেপতুনা লৈবা) রমেশ মসিদি কল্লাইদা ফংই হ্য করক্তা ফার্মাসিদা ফংই। চন্দ্রসিংদরা নবজীবন্দরা? হয়েং লৌক্লি ১৩া লৈরকউ কয়া পী। লৈ ত্রবরা হুমতি থিজ্ঞগা হৈরকউ হৈনৈনে মসিনি, হৈনবা পোত্তি মচি কাবনি শোক্রোইদা হকচাং।

র:— (হৈরগা মকুদা লানবা) ইকুবোক থকপীরু ওকক্রিবা মথৈ থক্লগা ফৈ হায় হায় ডাক্তরনা। কোরেন্ন লিকর সোপ্তা ফংবনি, লিক্লিদা ১৫০ দনি।

মু:— য়ে মমলদি মগবী ৩/কোন্নরেনা। হুং লৈরকঅম্বু রমেশ মতুনা পুংোকলবদি চহিদা লুপা ১০০ হেন্না ফংগনি। (থকচিল্লি গ্লাস ফুল, ভাওরে, মশা অহু হায়রে, মনিং মমাং চিংলে)

এ: মসিদি য়ুদোনা ভাওইনা হেন্না যুনিদা এ: এ: লৈপাকসি উক ২ লৈরে কোক ভাউরেনা, ঐদি। ইস! হিপনিংলেবো। হুমতি কন্নি ২ লৈ য়াম্না চানিং থক্লিংবা পোক্লেনেহা।

র:— ইকুবোক ঐখোয়গী লেসন্দা য়াউরি যু থক্রুবদি শংথহুনা শিবা রাস্থবা অসি থোক্লোই হায়না। ডাক্তরগী হিদাক পুম্বা লাইনা য়ুনম নম্লিনিদা। য়াম্না ফবনি।

মু:— হুমইনে নিপামচা। নখোয় নহারোলশিংসে অচুম্বা রাতা ভাই, অকন্বা থবক্তা তৌইক্লো শরিশো। থা কারিবসে নখোয় নহারোল ননিদো। হিমালয় জয় তৌরিবসে নখোয় নহারোলননিদো। ঐনা

য়াৰি ইমাকসিদ্দি থকউ। লাইরবশিংদগী ঈ-চুপ্পগা ঐখোয় ইনাক-খুন্ননা নুংঙাইগদবনি ইন্দ্রিয়বু পেল্লনবা পেল্লা থক চাগদবনি। মখোয়দি ফেমিলি প্লান্নিং তৌ হায়বসু য়াদে। ঐ হৌজিক কয়া নুংঙাইবে ইচাসিমত্তংগা নুপীসু শিবিখ্রে কোম্লেনহা। কলিদা চাৰা য়ামদবনা মকোমলেনা।

সু:— মানি পাবুং। চহি কুনমঙারোম স্কুলগী লাইরিক্তা নৈনহুনা লাকপসিগী কান্নবা খরাসু ফংদবা হৌনদে। পাবুং হোইদি ইমুং-দগী হেন্দবনিদো। ঐখোর্দি জগৎকী ইৰাংনা চুৰবনি। চাউখৎলবা দেশ কয়াগী, অচৌবা লাইপোক কয়াগী ৰাৰী পাউতাক্লা কোক অসি চিকপা মখৈ থন্না কোকখোংনরি। কয়াদা খেন্নগ্রবনো যুগ অমগী মীগা যুগ অমগী মীগা।

মু:— নিপামচা ঐদি মওং অমা তৌরেলাসিদি। এ: য়াম্না নুংঙাইগ্রবপোৎ-নিদনকো নখোয়গী নেশা অসিদি।

ৰ:— ঙসাইনা হায়জব্রবা অদুনি ইকুবোক। ৰাহুনতা নৈৰবা মীওইবগী পুন্সিবু নেশাতনা পোথাহল্লি। থকপীযু ওক্কবা। (মখোয় অনি থেংগাইনগে তৌই হাইহুনা চৎনবদা)

(দিনেশ অমদি দসুমতি চংলকই)

মু:— কনানো করি ওইবৰনো শেল পুৰা মীবা? মাল বন্ধান থমগেবা করিনো? (উদবগী মঙংদা মী লাকইদি খংলগা মহৌশাগী হৈনবীদা ঙাংই। মুহনগী ৰা তাৰদা দিনেশ অমসুং দসুমতি ঙকই, খোয়দো শাউগৎলি, ইকাই নুংশি য়াম্লে। ঙক্লা মচানিপা অমদি মুহনদা য়েংই, মমৌনা ফিদা থাই)

দি:— মুহন করি হায়বা হৌজিক্কী ৰাহৈহুবু।

মু:— (হঙংনা য়েংবদা দিনেশনি খংবদগী ইকাইনা) ইবাইবু য়ে য়ে। (খুরুমনৈ) মুহননা দিনেশকী মথক্তা উপশিনখ্রে।

দি:— (লাউরকই) মুহন। (ইকাইহুনা মুহন হন্দোকই)

দগু:— রমেশ নহাক্না তৌজশাব্রিবসি করিনো হা অহৃগা ইবুংগো মুহন করি মতৌ কৌবগে ওসিগী থৌদৌ অসিবু ।

র:— ইমা মুংঙাইরিবা । নহানমখৈ ঐখোয় যুমদা ঐসে য়াম্না রানা লৈবা নত্রদো অহুব হৌজিক্তি কয়াদা মুংঙাইরবা ? ইনাক থুনবা শেল পাইবা অসি কয়াদা মুংঙাইগ্রবনো ।

মু:— ইবাই নশেলগী শক্লাইদা লেংলকপবু ইবাইগী করম্বা অরাৎ-অপা লৈরবনো ?

দি:— মুম তৌবনি ইশেল ইবুঙো ইনাকথুনবা । ঐগী হান্নগী যুম ইঙ-খোল অহু বন্ধান লুপা ৫০০০ দা থমখিবা অহু মখোই মরাং মচেৎ অমত্তা হাপ্তনা হজিজহৌ-রা অসিনি তাঙ্গা অদিদা ঐবু ইনাওনিপা অহুনা মুংশিবিহুনা ।

মু:— [ হাইরং তুবং ] ওহো : লুপা ৫০০০ । ফৈ ফৈ মখোয় অহু অফবা মী হায়বহুনিদনা হন্দোক্লসি ২ । মুপীমচা লুপা ৫০০০ থক্তা নকুদা শিন্নখোসে ।

( সুমতি হরাউনা শেল লৌথোকপা চঙখিহুনা পুখোরক্তুনা মনেমবা পী । মনেম মকু হরাউবনা লুতোন কাই । )

র:— আই পাবুং নখোয় ঐবু ইকাইবা পীবা লাকইবা ওইরেকো । লুপা ৫০০০ থক্তাদমক্তা ঐবু —। পাবুং - ইমা ঐখোয় ইকুবোকসিদি মতা অমনিনেসে স্না লুপা য়াম্না পাইবা মীনিনে । ঐঙোন্দা পাউ কোক পীরক্লগা লোইরবসিদা । মী অতোপ্পা কয়াগী মফমদদি সাইলোক ওইরবস্থ হায়বদি মীমুখাং মীতম্পাল মীহিংচা ওইরবস্থ মমাক ঐগী কাদদি অরৈবা পুম্বা পুখোকপদা মথুং নিকপা জাৎ নত্তেনে

মু:— ইবাই মুংশিগ্রেদকো নচাসে । যেংউনে মাগী মচিন মখাসে দ্রো ২ । তৌবতদি ইবাই, নিপামচা অসে শুনিংশিদ্রেদকো । অহিং থেংনা হঙ্গিনবা ময়ুমদা মতম চানা হজিলগনি থন্দবা, য়াহৌ থেংঙ্গবা মীনবু কৈদগী মী ওইগনো অহুবু ইচানিপা পোকচদবা ঐনদি ইচাদগী হেন্না

লুনা তৌজবনি। ইবাই সে নহারোলশিংনা শিজিন্নবা মশেংসকী হৈ মহীসে হাউত্রে খিঙুং মহাউ তংউ। ( সুমতি থাংকম খংদনা নোক্লিংবা থোয়ণাওনবা মওংদা মথুৎ প্রোক প্রোক নৈখাইহুনা খাংলি)

দি:— অফবা জাংলনে। পুকনি শেংবক খিনকোক তৌই হৈ মহিনি হায়ববদি হাজম ওইনবা খিত্তো যোংকে কদাই হৈরকউ। (মুহননা ময়াসংগা হৈহুনা লাল্লি। দিনেশ থকই)

এঃ মাসদি য়স অমনিনা হাই নুপীমচা ইকুদি মসি হৈনৈনেহে। রমেশ ম'সগী হৈ মহিসি ইপা হিদাক ওইনা খরা খরা শিজিন্নগে লিক্লি ১/২দা লৈবকউ। এঃ মুহন মসিদি ইবাইদ হৈনৈনেহে কমনো। মুহন্না অমুক্কা হৈহুনা পিরকই। মখোয় পুম্বা মুংঙাই সমুদ্রদা লোংদাউ তাওনবি)

মু:— বি: এ: পাস তৌববা জ্ঞান লৈরবা মখোইনা তৌবা থবক্তা ঐখোয়না ইনবা তাই। অফবা থবক ঙাক্তা ওইরমগনি মখোয়না পায়থংলকইবা থবক পুম্বসি চুমদ্রবা ইবাই।

দিনেশঃ— খংদেদা ইনাকখুনবা শেল পাইবা মীওইবা কাংলুপসিনা তৌবা শাবা অমা অফবামক্তা। অসিগুম্বা হৈ ম'হসি শিজিন্নবনা ওইবতাই গোড়াথৈনা ঙৌবিবসি। কুচু তঙাং তঙাং মশাগী মুংশিং অরিবহু পক্কবা, মশা শেংনা লৈবনিনে পোকচৈদগী থকচন্ত্রিবনি অহুবু ইনাকখুনবা সঙ্গ তৌবদগী ফংলেদনা ঙসিদি ঙাউবা হৈ মহিনবু ...... অস ...... যে ...... আই মতা অমা তৌরেনহাই রমেশ .. সুমতি ... ইশেন ... হাই ঐখোয় মোই মখা হকচাং অসি থক-খা চিংলেনহাই. দল মল হাইরেনহাই।

দশুমতিঃ— মাই পাবুং কবিনো অঙাং রায়োং চাদবা মথৈনা তৌগদৌবহুবু নখোই নশেন নবাইনা .... ইকাইবস্থ খংদ ... তনজৈদা ঐদি। কদাইদগী হৈ মহী ওইগবনো মখোয়গী য়ু হায়বহু ওইরিনিয়ে শোইদনা। (মরাম ঙাওবহু উবদা) ঐহাক হাল্লমলগে। রমেশ নপা অসি লৈহৌখিসনু ঐ চৎলে।

মুহনঃ— ইচে শেল অতু ওক্তুবস্থ লৌকলাউ। ওক্তেদা হায়বদা মুহন ঐ নৈ। লাইরবশিংদগী চুথা শেলনা কোকফাই কাহনা। তুরং উপু অমা নৈ। উচিনবু লোইনা চিকথায়রম্মনি। আঃ ঐগী নৈবিবা সমপত্তি হায়বদি লৌ ইথোল পুথসি নথোযগী নচানুপা অসি মক্তনি। মানা মরমদবু ওক্লবা, অমত্তা ভাইজবা ইচানুপীসিতবু হেক য়ানবা চংলবদি লোইরে। ঐদি মীৎং অমনি।

দশুঃ— ফনি ঐ য়োজখ্রগে।

রমেশঃ— ইমা নৈত লাথরববু মখোং পান্দুনা কোইরকোন মখেংদা যোক্লিং ফলাং চল্লু। ইকাইকো ঐ মঙান শাম্লেকো।

সুমতি— যৌরোকো অবোক অস্থাংফাও থিন্দোকচগে (থোকমিন্নখিবা)

দিঃ— লুংঙাইবে নুংঙাইরে। ইচা পোকপগী মহৈ চাবে থুম্রে হাউরে। অসুম্নবু ভাক তৌগনি হায়রবদি হায়বদি লৌ মচেং ১ শিন্দ্রবা ইথোল মচেং অমা তান্নকুব্রা মতম খরদং যোকচংগা অসুন্নবু তৌরবদি ইচা তবাঙমদোইচুত্তবু নাত্রি খরসু য়ারিনা।

মুহনঃ— এঃ অরিকপা মরল শুম্না চাই হায়বত্তু তৌদৌরিনা। মীচা য়োকপরা হায়ববু যুগী খরচ পুবদা লৌ ইথোল লোইনা চংখিবা তারিনা কমনো।

দিনেশঃ— মুহন ইবাই য়োগ্রগেনে হা।

মুহনঃ— ভহাক পোথাবিখো অম্বাইদা তুহনা নৈক তোক্কনি।

দিনেশঃ— ভমলগনিদা।

মুহঃ— ফরে ফরে জয় জয় (থুকমনৈ মকোক্কা মকোক্কা রাইশিন্নে। য়ে য়ে হায়হুনা হন্দোক্লে। রমেশ নোক্কুনা চংথি মথোয় অনিমু ফাইনথি।

মৈ মঙ্গা






# দিনেশকী য়ুম/হুমিদাং মাইরম

( মহেশ মশাই লিশিং অমা পানবা মাথল অমনা হুমহুনা পুবদা ভাংনিংবা কয়া পন্দনা ভাংলি ) ।

মহেশঃ— উম তম্বা ভমদব। হে মীওইবগী লাইবক। ভরাংদা চম্বা হেলম্বা উশব থিরম্বা ঐখোয়নস্থ ভম্লিজি খরমং লৈবসিদা। শিররোই নাররোইদো মতাগুম অরেম্বা চাক চক্লিকাসে হুই হৌদোং মন্দা শিজরেনেসে। মুংভাইবে হৌজিক ঐখোয ইমুং। অভাং তরাহুমদোইসি য়োরুবা হোৎনবদা ইমানা হুরানবী ওইরুরবা ইপাবুনা মীনা বুড়ু বুরাকপা ভুনিংদবা তিল, কতল, খোইবীনিংথৌ কৌনরুবহু হৌজিক্তি ইচিল ইনাওনা তলব চারকপনে. ইচল মুপীনা মরৌশিংতনা হুম্বরকপা শেলনে ইমুং অসি মুংভাইরে। অমুদা ঐনা জ্বার দেবালী পাম্বসিম্ব অভকপনিকো। খারিথৈ ওকপা নাইখিদ্রেনে। ঐহাক হৌজিক জ্বাব শাম্বদা য়াম্না দরকার ওইরবা অমা রাংলি মতম্নি কৃষ্ণ ভম্বা মহাজন অমা হায়বদি দ্রৌপদিগী ফিবু দুশাষননা মুনবদা কৃষ্ণনা ফিসি রাং লিথৈ সপ্লাই তৌত্তুনা মুপীগী ইজ্জৎ কনশিবা অহুগুম্না মহেশ ঐনা রাংলিবা শেলশিং অতুক হুম্ববিবা ভম্বা মহাজন, অমা হায়বদি ঐ ইনাকখুনবী শেল পাইবী মুপী অমা দরকার ওই থীবগীরা বেড়া লৈতে মরমচং য়েংলোই শেলদদি পাইগ্রবা।

দিঃ— ( থোরক্লুনা ভহাক তারমই। ) কৈদৌগগে ?

মঃ— লৌগেনে।

দিঃ— মহা মূর্খ য়োং ভুট চমফুত্তা মোরোক থাকপা জ্বারবু লামবা পাগে খনবদি স্বর্গদা কৈরাক ধা.গ সমুদ্রবু মাংজোং চোংগে খনবদিনে। য়েংজু ঐগী মরুপ লাইশ্রম ধর্ম অসি মানা মহারাজগুম্না মন্ত্রিগুম্না, এমঃএলঃএঃ গুম্না, ওফিসারগুম্না চাকচা য়ুথক্তা খরচ তৌরি অহুগা সোমদনা মাগী

মহারানীনা রুমথোংবী তীকা নিরি। ঐ নঙগুরনা তল মচেং অমা হাঙ্গীকত্রো লৈতুরব্রম থাজনা তানবীরি দশা অনি নত্রোন্দা তারক-লোই হায়নিংঙাই লৈতবনিনে।

মঃ— মা অমনা মরাইবক ফংচদহনা অমদি দাউ য়াজদহনা লৈথা তাজরগা। ঐখোয় পুম্নমক্ চেক্কবদি লাক্লিনা।

দিঃ— এই নঙদি লাইবক ফরেদা। নঙ হেক পোকপদগী ঐ খঙলে লৈথ-রিবনি খঙলবরা?

মঃ— মহানঅথৈ নংঙম্রবস্থ হৌজিক্কি দাউসি শত্র শর ক্রি ক্রি কারথং-লকইবনি পাবুংস্থ উরবা নত্রো কৈনোনে ঙাংইবা রাসিবো।

দিঃ— অতৈ লাইরি ইবো রায়েং চাবী অমা য়েংলো মথৌ নঙম পাংথোক্রসি। নখা থাবা অঙাংশিংনা লফুদৌনা থিংবা য়াদনা জর ২ চাউখৎলকইবনিদা মঙনা লৈপল ১দি শম্বল শারগম্ম।

মঃ— পুলিস্ত্রগে পাবুং। য়াদি হাইবা মথোং নাম্মদি থাংদোকপবু হৌরবনি। কদাই খুংপাইশেল মথোং নাম্মত্থ ফুকউনবা। লুপা ২০০০ তা।

দিঃ— মকু নমেমত্থদা হায়ক নয়াম্বদৌনা। মথোয়না পিরক্রগা ঐঙোন্দহম থরা পিশিল্লকদবনি। চথোকউদা।

মঃ— হৈমা পাবুং চল্লোনবা হায়বসি শেল্লেপ চংই। শেন্দোং ঙানবা হায়বসিদা শেল্লেপ চংদবা য়াদে হায়বা কদাই শেল্লেপ।

(সুলোচনা মনি বেগ অমা য়াল্লহনা মপামদা লাকই)

সুলো:— তয়াই ইমাদি?

মঃ— সুলো ইচলদি লক্ষ্মীগী অবাতারনিকো সৈত্য। নঙসে ওথোক্লা য়াথংগ্রেবো, ফগ্রেবো খুংশিগ্রেদা। কদাই লুপা লিশিং অমা থনিদা তয়াইদা পীয়ু। তয়াই লল্লোনগে. ইমাম্ম তাকপীগে। আনে সরকারগী নোকরি ওইবস্থ তয়াই চুমত্রে লল্লোনগে।

দিঃ— আঃ আঃ য়েংঙ,নেসে মসে। হাই লমহই.। মসি মমাম্বা তাক্কুনা কুহমগেদো লীরুম্ম ইবেম্মা।

সুলো ঃ— তজোৌনা তয়াই কুবা থমই হায়বগো মাদি কুনা কর তৌখিল্লো মথা মতোম্তা কাওবা ওনদ্রেস্থলবু অর্পিতক ঐ লাকে য়েংউ। তয়াই নহাক অমা শায়বা ভোক্লো।

মহে:— ইবেম্মা ইচলদি য়াম্না ওকপী হৌশিংবীনি কদাই ঐত্তোন্দা লুপাগো খরদা পীয়ু হয়েং তলব ফংলগা মখোইগা কোমনা সুকশোই শোইদনা শিংগেনে নত্রবস্ত হোরেলদি ফংলনি থন্নি ওসিদি মখসু ডা অঙোৌবা য়াম্না উয়মই। খংঙবা ইচলগী মখোই মরেপ অমত্তা মাংহল্লোইসে।

সু:— পাবুং ঐখোয় তয়াই অমদি তাজোৌসে মাংলবনি পুন্না লৈখা তারবনি। মখোয়গী মরমচং অসি নোংমা নোংমগী লৈখা তাশিল্লবনি।

ম:— ইবেম্মা সুলো ইচলদি ঐখোয় খজীনা পোকই হায়ববু হেক থাজদেদকো। য়েংঙোই নন্দগ্রামদা জীব পুম্বনা হা কার লাউনরবদা শ্রীকৃষ্ণবু অবতার তৌখি, ভারতবাসি অপুম্বা মে খোংনা থাংনরবদা মহাত্মা গান্ধীনা কনবিখি, বঙ্গলাদেসতা সেখ মুজিবুর রহমান অসিনচিংবা, অহুম্না সুলো নহাকসু ইমুং অসিনা হা কার লাউনা পানবা অসি উবদা শ্রীশ্রীলক্ষ্মী দেবীনা অবতার তৌবিরবনি কদাইনো লুপা ১০৭০ অমা অনিদা।

সুলো ঃ— ইস বিষ্ণু বিষ্ণু তয়াই নহাক অসিদি। নত্তে ভ্রার হায়বসিদি অতিয়ানে থমখৈ লৈতবা থারিবমখৈ ওক্রয়োইদবা। ওসি ফংলে হয়েং মাংগনি, হয়েং ফংগনি হংচিং মাংগনি। কনানা জারবু মায়নথিবা পীবা ওমগুবগে হা। মিংথোৌরেল কয়া শেজাও পাইবা কয়া জারদা মকোক নোনথিবা থাক্লি ওয়া। ঐ থুরুমজরি তয়াই জার শায়বসি তোকপিরোগব।

মহে:— আই মসি য়াম্নেনা হম্ববা ওংবী। শেল থরত্তুতগীদমক্তা ঐ নত্তোন্দা তীক্ষা নিদে, চংলো য়ুমসিদা লাকসু, সজ ওইনিংদে, ইচলনি চংগ্রো চংলু। ঐনা শিংবিগে হায়রিদনা। চংগ্রা য়ারবদি খেম্বা হৌনবা খেমলেম্বনা ঐসু (শাউনা মুক্তনা লৈবা)

মুলো :— ( কপই ) . অমাই ঐবু অহুম্না চৈবিগনু ঙসি ঐখোয় চাযজরিবসে তম্নাইগী মাইকনবদ্বরকনিনে। অদুম শাম্নরবা মীবু কনানা ব্যবহার তৌরগে হায়রী কনানা মীওইখিবা য়াউরবগে। মহারাজ কাউবা অদুবু শাম্নরবদি মাগী প্রজানা ব্যবহার থম্বা হৌদ্রবনে।

দি:— মহা চন্দান মুর্খসি ঙসি ফুরগেদো। চখোকখো চংলু নপক অহু য়েংনিংদে। অমসু তৌরকইবসি য়েংউ।

র:— ( য়ু ঙাউহুনা চংলকই ) পাজি হন্দক থাম্বী তলব পিরকউ, হায়রবহু সে লুপা ১০ থক লেমই সে সি লৌশিল্লু। এঃ ইচল স্মা লেংলকই। য়াম্রেনে তলবসি লেমখিদ্রেনে। য়ুদি সেরদা লুপা ১৬ হুইসকি রমনা ৮০/১৫০ অহুদগী অতৈ ৬৮|৯৭।১৬৮, য়েকম অফুৎপনা লুপা ৯'৫০ উকাবী অমদা লুপা ১ কৈদগী তলবনা লেমগদৌরিবা। নোংমদা খরচ লুপা ১০ দগী তাদ্রে। তলবনা থাদা ৩০০ ইস বিক্কু নিঙ্কু কৈদগী লুপা ১০ লেমহল্লকইখা ময়াম্না অঙ্ক হোৎপীরে। হুরানবা কনমনবদগী নিবা কনমনবদগী হেক লেম্বা ওইরে। সকারসিনা য়ুগী এলাউয়েন্স হপ্পীগেদি লৈরেদো। য়ু য়াম্না থকপা মীনা চিফ মিনিষ্টর নত্রগা গোভনর ওই'দ্রবমখৈ তলব লেমখিরোইদা। মথংদা ঐখোয় কেন্দ্রগীদি সুমজাউ থাগৎকনি য়ুগী ভাউ খংগদবা যাত্রগা ঐ :লপকনি।

মহেশ:— ( মনাকোং য়েল্লগদগী ) হু তরেৎ খারেদকো রাহৈশিং অসে। তাজো মচু য়ারোই ওকুম্বা য়ু ঙাওবা নখোয়দা লৈবাক শিম্নবা য়াবা নত্তে। ঐখোয়গুম্বা হুরিদা হুইমোলা দলাল শাবা ঙমগদবা, নত্রো ১দি সাত্তপাত্তিদা সাত হৈবা ঙমগদবা. কু চিংবদা কোলুং শাবা ঙমগদবা মহে ৫২ হৈরবা উকিলগুম্বা মীগী মথুবাক্তা পাইরিবা চেশকপু খংবা ঙম্নবা লৌশিং শিংবা ঐখোয় কাংলুপকী মীহুৎনা সরকার পাইহনগদবনি।

র:— আঃ আঃ লুংঙাইদা ইনাও ইবুংঙো জ্বার সা ( নোকই )

দি:— ঙাংনৌ ঙাংনৌ নচিল ননাউ অহুগা ফুনৌকো ইপা খায়োই।

ইমুং মচুং

মঃ— ঐখোয় জ্বার রালানা লৈবাক শাশন পুরবদি ঐগুম্বা জ্বারগী কা-লিফিকেসন্দা এমঃ এঃ গী চৈন্দাঙ্ক লৈরবা মী কয়া কয়া গবর্ণমেন্টনা তলব চাউনা চাউনা পীহনা থবক পুহনগনি অহুগা মীয়ৈবাক্তা থা-দোকতুনা শেল তালহন্নগনি। আমেরিকাগুম্বা ঈন্নাকথুনবা লৈবাক্তা থাবগা শেল ভারি ভুরি তালহন্নগদবনি। জ্বার কেৎকম লিংবা ইমুংদা লোন চাউনা চাউনা পিগনি। জ্বার হৈবা মীবু লৈবাক্তা সম্মান তৌহনগনি।

সুঃ – আঃ আঃ তাজোগীনা য় য়োনবা হোটেল খুদিংদা লোন চাউনা চাউনা পীবকো। য় য়াম্না থকপা গুম্নিবা অহুঙ্গী মতিক তলব হেন্না পীবা অহুনা থুনা শিগ্রগদবনিনা কেমিলি প্লানিংবু মায় পাকহল্লি মসিনিমে। য় ঙাওরবনিনা অচুম অরান থিনজে, থংনজে অহুনা মীশিং হল্লজরেক্না।

দিঃ— সাবস ইবেম্মা সাবস ভালো।

সুঃ— তয়াইগীনা জ্বার পংশান্দা শান্নহনবা, পংহুদা হুহনবা কান্নহল্লগা পংহাং হাৎনবা নত্রা?

রঃ – ইবেম্মগীতোইনা পাল্লগনা মতৈ মহ মাগী ঐগী ইমা ইন্দোন ইচে ইচন থিনদনা অমনা অমবু পংলো লোনবা অহুগা শাজিক্লোইগুম্বনা পাল্লগনা থবক অমহা শুনহন্দবা হুপী হল্লো থিনহল্লগা মচা য়াম্না পোকহনবা অহুগা মীখোক হেনহনবা হুম্বা মীদা সরকার শিন্নবা হৌনশানি! (ময়াম রা লাউনা অমত্তা ওইনা নোকমীন্নে)

মঃ – তাজো য় থকপদি তোংজবা মচেৎ অমত্তা লৈত্রবনি। হুজেকপগী শরুক্তনি। চাকথাউ তত্তুনা থুনা শিবনি। য় হায়বসি মৈনি মৈ থকপদি চাক্তুনা শিবনি।

রঃ — জ্বার শান্নবদা কনা করি তোংহুনা করি করম্বা মন্দির কৎলমহুনা হা। জ্বার শাক্তবা হায়বসিদি হুকচাং শোকপনি থবক শুনিংদবনি, হুরাননিংবনি। হুরানবা নমহুনা ওইরকই। জ্বার শান্নবা মী ওইদে।

মঃ— ঙসি মাংলবহু হয়েং তোংই। হয়েং মাংলেদনা হুংচিন্তি অহুম তোংই খুংপাই শেলবু মুংহঞ্জবদি। ক্লাস মাগুপ হা হা খংলেদনা। য় থকপদি অমাংবা ডাক্তা আলেক্জেণ্ডর পৃথীবী জয় তৌখিবা নিপাহু কনাগুম্বা মীওইবা অমতনা মায়থিবা পীবা ওঝঞ্জবদা মুলা চাকথাউ ফোইদংতুনা কাং ১ খৌজিল্লগা হাংখিবা নংত্রো। শেংলেদনা।

মুঃ— অনিমক ১তা তাজনিংদ্রে য়েংনবা তোকপীরো হৈনবীশিং অহু মী-ওইবনা খ্বাইদগী হেন্না তুকচনরবা নেশামক্তনি। তোক্তো খাদোকত্রো হুক্লেকত্রো। ফত্তে খংলবহুবু হঞ্জিন হঞ্জিন থকদবগী চাগদগীদা তৌরিবা অপংবা তামো অনিমক মতিক চাদবা সমাজ অসিগী য়েক্লবা ঙাক্তনি। ইমা ৯সুং পাবুংগী মতেং থরা থরদং পাংবা ওম্বা তলব হেক কংবগা শেল অহু থরা য়াম্না পিশিনবিরো। ঐসু অওম্বা উপাইনা শিশিল্লিবসিগুম।

দিঃ— চুমই ইচাগী বানা ইচুম হেক। ইপাগী ইচাদি ইচা সুলোদনি সৈত্য নো:রাক হেক তাঞ্জগে।

মঃ—ঐখোয়দি কনাগী মচানো পাজ্জি। হৈ।—হৈমা অ:

দিঃ— নমাগী মচানিদনা। হায়বদি নখোয়দি ঐগী রাখলগা থেড চানদ্রে হায়বা। ( ময়াম নোকপা )

মঃ -- কদাই ঐগী শেলহুল খরতদি পীযুমি। তাজো নওগী লুপা ১০হু পীযু কদাই। ৯০ হু লাইবক ফরবদি চনি চামগা শোইরোই হায়নিংঙাই হৈলেপোত্তে। শেল মচা শোকহনবা হৈবদি জারগা লোটরিগদনি। চংদ্রিঙৈদদি চংদ্রিঙৈনি চংলুরবদি হল্লুহু হায়বদাই নখোয়না। চংলুরে ঐ হনবা য়াদ্রে কদাই জারসে।

দিঃ— মাঙলেদনা ঐদি বিষ্ণু বিষ্ণু। মহেশ - ইপা মাঙলে মাঙলে। মহুগী পাউতাক্তু ইচাগী খোগ্তা কমদৌনা করম্বা তাঞ্জাদা চংদ্রি-বনোনে। ওপ্রেসন তৌরগা লৌখোকপা জারনে। হাই বুহু লৈপাক্লা ভাংনরেকো ওফিসকী থবক তৌবা মখৈনা অরার শায়হুনা

শানৈ_ ঘুনৈহনা ওন্না লৈ-খিদগী লৈবাকসে ঈরাং তোয়না খোকপনি হায়রহনা।

ম: — ইশেল হুপানা ঐথোয়গী ওক্সিস্নারনে সহিদং থা থাগী তৌরুরগা তলবত্তি কাইদনা মংলিবসি উজ্রো। ঐগী ঐগী মীনবু অচৌবা ওইরিউদা অমুম্না তৌহৌত্রবদি ...... । মোই মোইগীনা ওইরবসু অসি মণ্ডাইরপদৌবনি খংওবা। মুংগ্লাইরোনা ঐথোয়গী তলব খুচাসিদি তলবত্তি লুপা অমা তাত্রে। থবক্তি হুনদক থাগী নোংমতবু কাদেনে সিননি মা মাগী মীদা ফম পংপি পিশম্নরিবসে।

মুলো :— শেম্বদা খোক্তদবা মচা অমত্তা য়াউত্রবনে য়াউত্রবা পাজি। মীগী ইখোলদা তাংহনা লৈবসি মুংঙাইত্রে। ইখোঙ মচেৎ অমা লৈহনা য়ুম নাম্তকপা মচা ১তং শাননবা ঐসু ঐগী অঙম্বা লুপা ৫০০০০র ১০০০০ রা পীরক্কনি। তাজো অনিসু থা থাগী তলবশিংহু পাজিদা পীশিনবিরো।

র:— হৈশিংলবী ইচল কৈ কৈ পীশন্নকউ ঐ পাইশিনগে কদাই।

ম:— ওসিদগী তুংশিনবা হৌনরসি কদাই ঐঙোন্দা পীশিনবা হৌবিরক্লো পীরো কদাই মুলো তাজো কদাই পীরো তত্তাত্নু। অরৈ অরৈবনে হায়বা ঐ শেল মচা পোকহনগে কদাইনো পীরো।

(বোবো চেনশিল্লকই।)

বো :— (ফিংনা) মেম সাহেব মুলো। সাহেবনা কোয়থি থিরক্লে। ওসিদি কনানা করি ভাংনা শানবা তাবক্লবনো, কনানা করি হায়জিন কাপশিনবিরক্লবনো থঙদে ইমুংগী উপু মুংপুদগী চে চাং ফাক ফাক্তুনা থিরকপা হৌরকহৌরে নঙবুসু কৈ চৈহনা কদাই চৎথিবগে হংলে। ঐ কৌরুচো হায়হনা মহা লান তারেনে।

র:— লাই হরিসে হেক্লিম্নুরনেয়ে। য়ানবা চৎকেদি হায়ত্রহনা।

ম:— শেল খুথপ হৈতবগীনে, কদাই শেল থরা পীয়ু ঐ টেকটিক্স কয়া তাকপীগে।

সুলো:— তা বোনো চৎলমল্লোচো টৈম্নু তৌখাই কিরুম্বু হন্নু লমচাদুবো ঐ লাক্লগে। ঐ হেক উবগা থুগুব তে।ঐগী দৌবঙুবো। ইমাইপেন্মা ঐ স্মুলোচনানে সুলোচনা। খুদোনবী মচাসিদা হাপলগা খুন্নুম্না উংগেনে মাগুম্না নিপা অমবু হেন্না। মরমচৎ কাওবা অচুম অয়ান খংদনা টৈবাক্কী ঈ চুপ্পা শেঙ্গাবা মাবু কৈনা লাকদনা কনানা লাক্লবিগনি। চৎলমলো চৎলো ঐ মাগী য়াদা লাচুংবা পোক্কে।

বোবো:— মেম সাহেব মহু য়ারোইদৌবা মাল্লি। পোং চৈদা য়ান্না তাইনহৌরে লাকও খেমজিল্লরো হায়মি।

সুলো:— (বেগতগী শো চবুন অমা লৌথোক্লগা মপাদা পিরন্নী) ঐ চৎলে তাজো তয়াই। অত্তাংশা ঐ চৎলে মীঠাইসে নখোয় য়েন্নহুনা চামীজো। (টেবল মথক্তা থমই, থোক্খীনখি বোবোগা)

[মহেশ চোংশিন্দুনা মপাদগী বেগ মুল্লি। রমেশনা মথাং অমুক লাকই। মমা দম্নমতি চেল্লকই মানা অমুক রমেশতগী লাক্লগা দিনেশতা লংই। ভুহাক য়ু বি লাকপীগুম মথাং মথাং মুন্নৈ। রমেশনা চেম্থোক-পদা মমাদা থেংজিন্দুনা মমা উপশিন্দুনা তুশিল্লি মহেশনা চেম্থোক্কে তৌবদনা মপাদা থেঙ্গায়হনা মপা তুশিল্লি]

দিনেশ:— মহু মুর্খশা নখোয় নখোয়না চাওরগা নপাঙ্গল কল্লগা নমা নপাবু ইস্নু বিরেনে হা। ঐখোযবু ফুরেনেকো নখোয় নখোয়গীদমক্তা নমা নপা ওইরিবা ওইরিবা ঐখোয়না চনা কয়া হেন মীগী মখোং কয়া পায়জরুবা অহুগা ঙাসি ঐবু হুম নখোয়দা তুম্বা হেক।

দম্ন:— করি মৈচৈনো লরাই নিপা নচা ঙাক্কনি।

ম:— বাজি ঐনা নত্তে আ ঐখোয় তাজো নিঙোল মবাগী ইজিল্ল পাবশিননি। মরিলদি পাল্লনা আধা মোড়া য়ু য়ালাসে।

(রমেশনা চেনশিন্দুনা খুপাক্তা মখজায় অনিদা ওন ওন্দুনা থাই। মথুং হংনগে হেক তৌবদা মমা নপানা চপ মান্নবা হে লাওরকপদা খংবোই কিবোই মথুং খংথা থাদখি)

রমেশঃ— রেংউলেসে গুন্দা চিহ্নিবা হুরাবা জ্বর মণীসে ভমত্রা রেংগে মখুৎ অহ ঐদোন্দা অমুক্তা থাম্বকৃউনে। মাবু জ্বর শান্নবা থিং-বগীনিনে মানা ঐবু ইয়া শক অসিগা। অশ্ৰাং মচাদা মচাদোনা মানা ইভাও ভাওশিন্নরহুনা য়োং ভুট অসে। মসি পুলিসতা শিন্ন-খোকথিগে খংগনি।

মঃ— ঐদি য়ু থকপা মীশিংদি করিমত্রা কিখিংদ করিহ্ন উশিংপীদে। মগাঙ্গল শোনগ্রপোৎনো ঐ খংলেনে খংভবা। অতৈ অতৈ নেশা অমতা চাদবা মীনা চৈ থাজংসবা রারক্রখদি মন্না লৌখিগে নখোয়গুম্বা য়ু থকপা নচিঙ্গাক ফাও রারকচবা ভমদবা মীনা চোইরোল লোমহু ঐগুম্বা শিংলবা মী অমনা কৈদগী লৌখিগনি; লাও পুরকউ পুরকউ নখোয়গী পুলিস অদো মথাই অমা পীরগা থাদোকখিগে। শিকি অমা পীরগা নংবুহ্ন কাহনখিগে। হৌজিকালগী পুলিসপো জ্বর ফারেদনা পৈশা পুরগা চৎখি য়ু ফারেদনা থক্তোক্লগা চৎথি।

দিঃ— মহেশ, রামেশ য়োং ভুট গথা লোলা হৌদোং নখোয় নখোয়গী নশকশিং অদো যেংনিদ্রে চংথোকত্রো চংলু। ভসিদি ভসি ওইগ্রে মতুংদা অহুম্বা তৌরবদি খংদোবনি শোল্লবা নপা ঐগী ইরিল। লৈকায় তাকুনা ফাহল্লগা উপু মপুংদা হাপচিন্নগা শো লোনশিন্দুনা থম্নগা হাংকনী নত্রবহ্ন রাকোক অসিনা লুখম অহুদা। (চৈ পাইখৎপা)

দশুঃ— করিনো অপংবা জ্ঞান তাদ্রিবা অভাংমকুনে খংলবরা।

(মখুৎ পায়হুনা চিংশিনথি)

মঃ— (শাওনা) ঐ শিদ্রিবৈদা ঐবু হাংকে তৌবা মীহুমদি য়াপংনদা চিক্রবন্ন হাংলম্নগা ঐগী রাদি দেম। ঐ ইপাঙ্গল কল্লবা মীনি। কনানো ঐগা ফিজিকেল চেলেঞ্জ তৌনগদবা পোকত্রি হায়রিসিনি। তল চাবদা অমুক কবা মীনী চাক চারবদি রার্লড মিষ্টর তারোইত্রো?

রঃ— কৈ রেংগে। (ফুগে চংশিঘদা মহেশ চেনথি রমেশম্ন চংথ্রে)

মৈ মম্বা

———— —— ——

## ১/৩

## জয় সাহেব শঙ্গাই/তুম্মিদাং রাইরম অথেংবা

(জয় ংখোল্লবী শাওংগংপনা শ্রোক প্রেক চাক্ক। খা রাং ক্যিংহনা হৃদং হন্দা কোইচং চংলি। বোবোবু লাকা লাকা কৌই। বোবো ফিংনা চেপ্পকই। ফিনা পাথংচন্দা চপ লেপচৈ। রাফম খম্মা ভাইজল্লি)

জয় — তুপী লোয়গী দ্রষা কংদনা তোকপা হৌনদে। ইখা ইপুনা এক্সপিরেন্স কংলহনা হায়রম্লবা য়াংলম্লবা রাকমী। কৈদগী শোইগনি (হৌনা) বোবো।

বো — সাহেব এনি রান্ট এনি লাইক। (মকলাপ থক ২ নিকই)

জয় — কচ্চাগী বী।

বোবো — করি ভইরবনো শকা সাহেপ।

জয় — নচিন অহু কোলদা তুশিনগে চংশো চংলু নহাকসু মফম অসিদগী নশক অহু উনিংদে নখোল অহু তানিংদে। ঐ নংবু য়োকপা ভম্মরোই নকম অহুপা থদংকনি।

বোবো — করে শাকা সাহেব। অা থিঙেন্দা তাইনবা ভমক্রপা নাশি-খোংদা তায়নৈ হায়রহুমক্তি পাকা ওফিসারসু অা এক্সিপিরেন্স——।

জয় — লোন্ট টোলক এনি মোর। তুরাখী যুমতাক কৈতাকশীহু কৈদা লৈফৌরি। মা হেক লাকঙৈদগী ঐগী ফিভম মপুং ফানা হোংলবনি লৈরম্বা সমপত্তি ময়েং খংতা তারবনী। লন থুমদা নত্তে ইজ্জৎ সনমান, হকচাং পুম্মক নোংমা নোংমগী ময়েং তাশিল্লক্লে। ওক্সবী তুপী অসি থুনমক তাম্থোকখিত্রবদি জয়গী ফিভম পুমহোং হোংখিবা তারি।

খোমো — ঈশ্বরগী কৌলাবি সাহেবকী বর্মগী কল সাহেপনা মরু খোক তুনা চাকখানি। ঐনা ওসি, সুপী অমা [illegible] সাহেবকীদি নিপাদি থবক্তা থোক্কবনো ? মসিবু কন্নানা খোব [illegible] খোক্পগে।

জয় — (শাওই। অহুবু অপুন্বা বা ভাকুনিনা শারুল থোক্কে) হায়রি খোবো সুলোচানা নখোয় অনিনা হন্নক মথুক অসি পুন্না পুন্না চৎমিন্নদুনা শৌলা ফণা, সিনেমা, ড্রামা অমুক্তা চিৎনা তৌদনা খেবা চৎলিবসিবু কন্নিগীনো। করম্বা ভাপনো। ওনা ওনা চৎত্রে অত্তগা খেংনা খেংনা হল্লক্কে। লৈবাক মীয়ামনা নিংকোক নিংকোক চিবোন চিবোন ওাংনরুকপসিদা ঐগী নাকোং অসে শেগায়নিংলে। অহুনা ঐনা নখোয় অনিমক ভাক্কোকপা তারি।

খোবো — মপুনা চিংনরবা মনাইবু করি উপায় লৈরিবগে। মপুগী য়াথং কোক্তা থোংজগনি। ওক্তিসার অমগী ইজ্জৎ শোকহনবা য়াবা নত্তে করিস্নু লৈত্রবা ঐনা। ঐ ওসিমক্তগী য়ুম অসি থাদোকচরগনি। ঐখোয় সাহেবকী লমন পুন্সিদা নিংবা ওমগদমস্নু লৈত্রে।

জয় — নংবুস্নু ঐনা থুংশিদবদি নত্তে। পীশক পীক্রিঙৈদগী নপানা লম হেক্লি হায়হুনা ঐঙোন্দা য়োকচরো হায়হুনা পীরকপনি। নপুক থজনবা ঐনা নংবু চপ্রাসিগী ফম অসিস্নু হাপ্লিরে। অহুবু লৈবাক্কী মীনোক মীশা লাক্নবদি মুংশি হায়হুনা থম্বদি য়াত্রে।

(সুলোচনা চিং লেম্না চংলকই। বাভাং বাতা শেম্নহুনা মপুরোইবগী অশাওবস্নু লোকই)

সুলো — করিনো তৌরিবসিবু ঐখোয় সাহেবনা। ঐনা ইপামদা মীকুপ পুংজা অমতং চৎচবসিদা মী থাহুনা কোৎহর্নসিবু। নত্তে ঐনা হায়জবদি ঐবু খোং খুৎ পুম্নমক অসি পুনসিন্দুনা থম্বীরো। হোটেল চংবগীস্নু পানা দুকান থোকপগীস্নু পানা সিনেমা ড্রামা য়েংন্নবগীস্নু হেক ওাং, ইপাম ওহাক চৎপগীস্নু মী থাহুনা হেক কোৎহল্লবসিবো করি করম্বা নিপাগী আজৎ লৌচৎনো ? ঐবু অয়োকপা

তেনবাওম্ব শৱং অমদা থম্বীরো হায়ম্বা সুংশিরিবগী কবিনা অঙ্কক অহন ওইরবা মানা ইকাই ইকি হন্দোক্লুনা ঐবু পাম্বখিত্রিসিবো।

জয় — সুলো নংনা ঐবু মতম থবদি পুমণুম হেক শুমঙ্কংতুনা মথক মথা ওম্বোক ওনসিন্ন তৌহুনা মাংতন তাকহনলম্লেদনা করে থবা মাংখিবা মাংগ্রবস্থু লৈহৌরিবা থবসি কন্দবা যাদে। ঐ নংবু ফুনিংবা ফুবা ওমই অহুবু ফুরগা করি কান্নগনি। ইশানা থাকপা লাংদা ইশা ইতোম থুজবনি। অহুম ওইনমক নহাক ওসি মুমীং শুরবনি নখোংনী খোংনা মশানা যানা নপামদা চংগ্রো। ঐ নংবু থীবসু ওম-লোই। চংগ্রো চংলু চংগ্রো থুনমক।

সুলো — করিনোনে রা অবি ঐখোয় হেবনা ঐবু, মঙলা তাইবঙলা ভাবনা লাম্বা ফংজরেনে। ঐগী বধি ইরাজ, কৈহুনা লানজগ্রবী ঐগী নাপদা অসিগুম্বা মপোক অসিদা তাবকথিনি থম্লগ্রদা রাহৈ কয়া ওসি তাম্বিবসিবু।

জয় — চিরোল হৈবী লোনম্বী পোনম শাজংনা মাংওইবী নত্ত লীচংনা হৈনবী নং অসে ঐনা থাজবরবসু লৈবাক্লা লৈকায়না থুঙ্গংনদি হম্ববা থাক্তা হম্ববা মীৎয়েংদা হকোয় তুকচনা য়েংন্দ্রিবসি নংদি থংলিরোই।

বো — ঐখোয় সাহেবপু রামায়ণগী হেরো রাণদোনা মীবা য়াম্না কম্নমক লোবীরিবয়নে তৌরিসিবু;

জয় — নচিন অহু ফোংচিম্নরা বোবো। চংখোকগ্রো চংলো নশকশিং অহু য়েংনিংদ্রে।

সুলো — অশেংবা ওইনা হায়বিরিত্রা তৌবিরিশিবো?

জয় — মথা তারগম্ব জানীংদ্রে। কাক্লা কোকিলগী মতু থেংপী। অশেংবনী অশেংবা অশেংবা। (কম্না শাওনা)

বো :— চুম্না বারকপীবদি নত্রেদনকো। নিংওমহৌরোইদা লঙ্কা তাম্না উঙ্কায় তৌবা লাকপীরোইকো। ওা ফাবা খুদোপ য়োম্বা থেংনক-নদগী হুযমন্তকাদি শাবীরোইকো।

স্থলো — লৌবমদায় মতমদা ননাইগী নাপ্রদা তাহন্নাখিবা কোকিল অমোম চাম্মনা মতৌ তমজনিংঙাই ওইরবা শুর মবোল চাম্মনীপালগী পদ, থুন্নবা থম্মোয় শুক্ষংনিঙাই ওইরবা রাহৈ কয়া অদু ঙসিদি কৈদা চংব্রে। কারা কোকিল শাবীবম্বগী দোযপু ফংদনা তোক্লোইদা।

জয়:— চিনকেন যর্বা। নংগী রাহৈ অনিদি হায়রুনু অমা. ফাওবা হাপ্পবগী ঐগী না পান্দে খংউ। ঙরে ইবেম্মা নখোয় নহাগা অহন ঐখোয়গা য়ুম পানমীন্নবসি ওইবা যারোই। চংব্রো ঙসিমক নপামদা চংব্রো নশানা য়ানা চংচখো নখোংনা থোংনা শাকপনী।

স্থলো:— (শাওনা) চংলো হায়বগা হেক চং লৈয়ু হায়রগা হেক লৈ ঐ অসিবু নত্তে হুইরো, হৌদোংলো, যণলো? হায়রিবমখৈ থৌবিবমথৈ য়াবা অযোবপা শংরো শুকচং চংলোই। ফরিঙৈদনা স্থলোচানা হাযনবা ফত্রগনা মহা ভৈবিবা স্থলোচানা, খংহনগে ইতিক কেশে!

বো:— (হরাওনা) ইবেম্মা নংগী পরার অসিদি বাহ বাহ।

জয়:— ইয়ু রাইল্ড বিঃ নচিল অদু ফোংচিনগে। ঐবু খংদবা শাই। গেট আউট (হৌনা লাংবা) ঐনা হল্লকপদা লৈরমউ খুংগনি। নখোয় অনিমক নতিক চাবা চৈবাক যেন্নীগে।

(শাওনা মমীংনা খানা যেংলন্নগা চংখি)

স্থলো:— (খুংকাপ্পী কাপ্পী) ভুম কেশে মানা ঙাংজশারিসিদি। নুপী নুপা বাহট চপ মান্নববশিদবু মাগুম্বনসু ঐঙোন্দা করি ভৌজবা ঙমগদৌবিবা। নুপীগী থাক অসি ঙসিদগী মনিপুরি সমাজদা ওম্মোক্লা হম্বা থাক্লা, নেম্না থম্নীবা অসি ঐনা য়াদে শেমদোক্কনী হোংদোক্কনী। চাওখংলবা দেশ আমেরিকা রুশিয়াদা নুপীনা রোকেট প্লেন কয়া থৌরে, পৃথীবীগী মপান্দা কোইথবে, ঐখোয় মীতৈ নুপীনা কোকখুমকী খুমজিন্দুনা চাকখুমদগী হেন্দোরুদরি। য়ানিংদে অসিগুম্বা চংনবীশিং অশে। ইশ্বরনা নিপা নুপী অনিমক্কী চপ মান্নবা চংদবা যাদবা থবক পীবমই শীনকম খেন্নবগী রাদনী অদুগা করিগী মপাংগল

ইমুং মনু

কল্লি হায়রুনা মখোয়না ঐখোয়বু নক্কংকনী। অসিগুম্বা নিপাশিং অসিনে মখোয় মখোয়গী নুপীশিংনা হাংলি হায়রিবসি ময়ামগী খংবীবু শাক্তি ওইবীয়ু।

বো:— থাগৎচরি মেম সাহেপকী খোনা নরিংডেস ঐনা হ্মরি ঐনা থাগৎলি। করম্বা অথাংবনবা হিমালয়না থিংমুলাউ ঐখোয় হুদোগী মুংশিং।

মুলো:— তা বোবো থৈদোকউ। থৈদোকপা যাবা থৈদোকউ নত্ত ঐনা অসিগুম্বা মবমচৎ চুন্দ্রবা সমাজগী চিঙাং অসে মফম মতম য়েংদুনা শজোক্লনা চুক্লেকখিসি। সমাজদা কান্নরৌগনি। খঙলবরা?

বো:— ঐখোয় সারগা মেম সাহেবকা হন্দক মবক ইরাং খরা ভৌনবসিদা নচেম তবেং অসিনদি খুবাক খুবনা লোইরে শেন্নবে।

মুলো:— মতম্ম ভৌনশানি। হেংলোই ঐনা ভৌবিবা থবক অসি নঙ্গী- দমক্তদি খুইদগী কনবা অমনি। নখোরাই হকচাং যাউনা হোৎনগদবনি য়াম্না চ্যেকশিল্লু। মীনা শামিন খবলং কাপ্রদি ঐবুদি ভুম্নবা মরিৎথিনি নক্তোন্দা খুদোং গীজহৌগনিবে। অনে অরুক্তা মতীক চ্যেশিনগদবনি। ডসি হুমীদাং অখোবসিদা নডনা পাংখোক্লদবা থবক ঐ ভাল্লগে লাকও!

থৈ মম্বা

— — — —

## ২/৪

## সুমতিগী লৈকেংলবা শঙ্গাই/নুমিদাংবাইরম

( রমেশ সু ভাওহনা লৈ। সুমতিনা সেবা তৌরি। মপা মুহনসু মায়থাং হবা ভানা মচায়গী অমদি মম্মাকনিপাবু য়েংজরি )

রঃ— চাকখাউ অসি ংঙাবরা কাদনো খংদ্রে! পুক অসি করিমত্তা তাবা যাখিদ্রে। চাকখাউ অসি সুরমানে শোইদনা ঐ শিবা তারে। ঐ লোইবেদকো।

সুঃ— করি মতৌ কৌই হায়বগে তৌরিবা মতৌসিবু। চোইরোলগা পারোলগা বিব বিরবা তুজংলবা রা ডাক্তা পংডাংদা ডাংলিবসিবু।

সুঃ— উম খৌরাংবা। খৌরাংলি হৌজিকসু যুবু। চাকখাউ অসিদা বু নডনা করিমত্তা চডবা যাখিদ্রবনি। যুগী মযুম ওইখ্রে য়ুগী পৃথ্রী ওইখ্রে ওসি রমেশকী চাকখাউ! ইনাওনিপা অহনা জ্বারতবু খৌরাংবগুম ঐসু যুত্তবু খৌবাংই। উম হে নেশা লাইবেথী নঙ্গী নফমদা ঐ কোক নোংল্লে।

সুঃ— করিগী গিদাক খুঙাউনোনে তৌবিবসিবু! ভাক্তরনা হিদাক থারিঙৈ মনুংসিদদি য়ুসি শোক্লহনগনু হায়বনি অত্তবু হুবান্দনা হেক্তা মথক-পসিবু। করি উপাই লৈরিবগে হৌজিক ডাক্তর পুন্নমক চয়ে হিদাক পুন্নমক কাম্নদ্রে।

মুঃ— ঐনা নহানডৈদা মতম চাবিডৈদা থাদোকউ শোররুন কয়ারক হায়রবনি অত্তবু ভাবিরা কৌবা লৈখিদ্রে। হৌজিক্তি উপাই লৈত্রে। নঙ্গী অরাবহু থুনা লানখিনবা থুনা কোকনবা হৈজিল্লু ওকপা নাইত্রবা, চুহি অপুম্বা নোংমাংখা মহি, ঈশিং অত্তাংবা মগুন লৈবহু নঙ্গী বৈদ্যানি। মাতনা লানবিগনি সংসারসে মতম চাদনা।

সুঃ— করি ৱাঙাংনো পাবুং মীনা অসুক ৱারিৱৈদা অহুগুম্বা রাঙাং-শাঙাং ঙাংশিনবা হৌনদে।

ৱঃ— নুংশিপ্রেদকো ইকুৱোক। ওন্থোক্লা নাবি তিন্নপ্রেদকো। ইপাবুদি হেন্না নুংশিপ্রবা ইপা শক্লবা ইকুবোক পুন্সিবা ওইযুকো। নম্মাক্লে কুইরোইদৌরে। ইকুবোক্লা হায়বা ইন্নমবদি ইকুবোক্কী সেবা মতোল লোম্না তৌবা ফংজগদবনি অদুবু লাইবক্লা তম্নমদ্রেনে।

সুঃ— মখোয় মকু মম্মাকসিবু কমদৌসিনো ঐবু। ঐ ইমুংসিদা লৈজনিংদ্রে। মপাল থোক্তুনা জগোইশাবী নৱ্রগা বাশোক শকপী ওইনা চংচপ্রগে।

মুঃ— হোইদা হোইদা নঙনা তৌনিংবা কুশি তৌজোঁদা থক্কনু কযারক হায়রে য়াদ্রে। শিরগা শিজরেদনা নঙনা ৱাবিবিবৰো? ইচাগীবু করি ৱাৎকনি মাবুদি ত্রেনবা মাঙোন্দগী হেন্না নুংশিবা চান্মা লাক্কনি। নুপীনা নিপা ৱাৎপা হৌনদে, নিপাগীসু নুপী ৱাৎপা হৌনবৰো? তানিংদে ইবেম্মা হিংলিঙৈসিদা নুংঙাইথোক্কদবনি।

ৱঃ— কয়াদা নুংশিপ্রবা খোন্নোনেসে ইকুবোক পুরিংদি থবা নুংশিদকো অকোনবগী ৱাহৈদো। শিবদি শিনিংদ্রিদকো।

সুঃ— সিগুম্বা মকু মম্মাকসিনু কয়াম লৈবিদগে তৌবিসিবু মীগীদি মকু মম্মাক উনবদা থুক্লুমবা হঙোই তল্লি হায়দুনা উনদনবা থৈদোকতুনা চৎনৈ মখোয়গীদি হেক্কা কোইনখিদ্রেনে। ঙমপ্রবোইদকো তে য়ু।

ৱঃ— (শিথা শিথা ৱাস্থা রান্থা লোক খুই ঈ ওবে লৈপাক ফাউবা নোনথদুনা লোক খুবে) সুমতি হাই ঐ লোক খুবদা ঈ ঙাক্কা য়াউরক্লেনেহে। য়েংউ অমুক্তা লাউ ঐবু ঙহাক্তা পোথাহল্লু।

সুঃ— (মীপাইনা চংশিন্দুনা মবুংঙোবু কোনথৎপি)
ইবুংঙো পাংলবী তোল্লবী ননাই নুপীনা হায়জবদা খবদং তাবিবম্লবদি ঙসিগী দথা অসি ফংলমলোইদবনিদো। লোইরেনে তৌরিবসিদি। মপোকসিমগী লোইরে। (কপচৈ)

রমেশঃ— সুমতি য়ু থক্তুবদি পুং অমা ফানা লৈবা ঙমদ্রবা ঐসে থরা থুনা সংসার থাদোকখিবনা ফবগনি। ফবে নং করিস্সু মুংশা থিরুগনু। ঐ চাম্মা চংথীহুনসু নঙগীদমক্তদি ঐগুম্বা স্পিশিং লাক্কনি। [শিথ শিথ লোক খুবা ঈ ওবা। সুমতি পাখত্তুনা ডাক্তর কৌহুনা ডাক্তর থিবা চেনখি।)

মুহনঃ— অত্তুনি নিপামচা থবক তৌবদা লিল্মা পানবা হায়বত্তু মহুনিদনা। হৈরকখিগে। মী অমবু মী অমা রারকপা ওইথোক্কে। বিঃ এঃ পাস তৌরবা লাইব্রিক লাইগু হৈরবা নঙ অমনা জ্ঞান তাদ্রবদবু হায়বা ইন্দ্রবদবু করিস্সু থংদ্রবা অহল ঐখোয়না ওন্থদবা হৌনব্রো জ্ঞানদো (মহেশ চেনশিল্লক্কুনা মথাম্বগী মখোংদা তুরৈ। ময়াম্বদি জ্ঞ্যান তাদ্রে। মুহন শাউনা থংইদনা য়েংহুনা লৈ।)

মহেশঃ— তাজৌ ঐবু অমুকদি কনবিয়ুনে তাজো থরায়সিতদি কনবিয়ুনে তাজো নংবু। উম মসিনা মরোল অমা য়ু ভাউহুনা লৈরেনেসে ঐ সিরেনে ঙসিদি। (মুহনদা খুরুমই) মাম্মা ঐবু অমুক্তা কনবিয়ুগবা ঐ মীগী মপোং হুরাল্লুরে। তাম্নরক্লে মীয়াম্না ঐগী থরায়সিতদি কনবিয়ো মাম্মা মাম্মা।

মুহনঃ— হুরাননুরবা। ঙমলোই ঐদি হুরানবা লমচং চুমদবা নেশা চাবা লাইরবা শুনিংদবা চায়াম পোক্লগা মচা মশুবুদি শেম্বা শাবগী থবক্তা থোশাদবা মীশিংশে ঐগী য়েক্লবনি খল্লি। ঐ হুরানবগী মথরাই কনবা ঙমলোই। চংলো থোকখ্রো মফম অসিদগী ঐসু বদনাম শোইদনা চাগনি। ইচা ওইরবস্তু হুরানবদি হাত্তোক-কদবনি। শুনিংদহুনা মীগী মরল অরেম্বদা লোনিংবনি। চংলো।

মঃ— মাম্মা কৈদৌবগে নয়ুমদা চংজরক্লবা মীবু থরায় কনবিবা হায়বসি অথোইবা ধর্ম নিনে ম্লৌরকএনে মীয়ামসে অস অস ঐ লোইরেদনা।

রঃ— (অহু - - অহু খুই) কনানো - - - কৈদৌরে উম মহেশ নঙ ইয়াম্ববু ওক্তে য়ু থকই হায়হুনা মহৌশগুম ফুবা লাকইবরা ইয়াম্বগী ঙসিগী দথা অসি মুন্না য়েংহৌ।

মঃ— ( ময়াম্বুংবু কোনখৎপিবা ) তাজো ননাউ অসে লাল্লুরে। মাম্মগা তাজোগনা অমুক্তদি ননাওগী থবাংসি মীযামসিংগী ভাক্তা নিবিহৌনে। তু মীয়ামগী মীখোলসে তাউ। য়োরকএনে য়োরকএ।

রঃ— ইমুংদা লোৎলূচো কৈদৌরি।

মুঃ— যেনাখারোমদা নেংখ্রো ঐ বদনাম চাগনি কোর্ট কাবম্ব ভম্লোই।

মঃ— য়েংভোই তাজো অতৃপা মাম্মা জারদা শেল লোইনা মাংথোকশ্রবতুদগী লাইশক য়েংবিদা ভাউোমগী ঐখোয ইপুখোয়গী যণজাও পোৎমহ্ হুরুরেনে। ঐবু হাৎকনি হায়না মীযাম্না তান্নরক্লে।

( মীয়াম চেনশিল্লকই মুহন - বামেশনা শান্নবা য়াখিদ্রে, মুহন মকোক কাইরে, মহেশ ময়াম্মা ফু ফুহুনা পুথি )

মুঃ— ডাক্তরদি স্নুমতি।

স্নুঃ— পাবুং লুপা ১০ এডভান্স পীদ্রবদি চৎপা ভদোই হাযরে। ঐখোয লৈকাইগী ডাক্তর মায়থোন অসি শন্থোরা ফংবিদ্রেদবে। মাসবু হান্থোকত্রবদি ভসি ঐনা ফংলিবা দথা অসিগুম্না থুদোং চাদবা অৱা অনং কযাদা কয়াম থুদোংথিগবা। মহাক ভাংনবগী মতুম্তা অতোপ্পা থংনবা খুন্দা চৎকনবদি ভসাইনা লাকপীবম্লগদবনি। লবার ইনকম ফোমদা সহি তৌবগীবু লুপা ১০ লোই ওম্থোক্লা চোপত্রবা ডাক্তবনি। হৈনা হৈগ্রিবা।

রঃ— [ লোক থই ] যবে ঐগী ইনাইবনি স্নুমো সরকারনস্ব অসিগুম্বা শুক্লং অসিদা লাংেংশং অমত্তম্ব হাংবিদে। লৈতরবদি পোৎসি তাংবনি। গবর্ণমেন্টকী চাকরি শুইনবা ডাক্তর মানা মবুমদম্ব হিদাক ভাবিদা থমই। লৈরাই অসিনা কামনবগী তৌবনি নত্রবদি নহাম্না অন্ত ... অন্ত হংলগদনা ডাক্তবনি।

মুঃ— মবুক অকংবন্ত মৈনা চল্লগা পোকখাইহনগে, নহারোল খবদা য় পিথত্রগা ভেসপা থোরিবৈভেদা লূখমদা অমুক্তা ফুংতুম্না ঐরাইহনগে ডাক্তর অমা ওইরবা চাওথোকপা যাই যাদে খংহনগে। ডাক্তব ওইরগবু চাউথোকপা য়াবরা মীগী সেবা তৌগে অনাবা অশোকপা

কল্লাবু সেবা তেংগে হায়বগীদমক্তা তমলুরিবা মহৈনি অহুগম্ন করিগী পোংবা য়াবরা? সুক্লা নাদবা ঐবু লায়েংহনগে খঙগনি শেলস্থু পারোই। লাক্লগেমা।

রং:— (মশা অহু পুবা তমত্রে হায়বং ২ হৌগৎলকই) সুমো ......

ঐগী .. থবায় হকচাং অনিগী ... অহু ... অহু — অহু অমত্তা ঙাইরবা — সুমো ... নোংঙাল্লমদাই নোংপোকলৈমা শজিক ওইবি মুমিদাং রাইনা ... নোং-চুপ ঙানবী থাবা — শক্তম লৌরিবী ... ঐগী .. থম্মোয়ী ... অহু ... অহু ... ঐ যাদ্রে ... কো ... ঐ য়াদ্রে .... লাউ নশক অহু অমুক্তা পেল্লা যেংলম্লগা - - মপোকসিগগী - - বিদায় - - লৌগে - - - ।

সু:— মাংলে মাংলে ইবুংঙো করি মতৌনোনে তৌনিবসিবু - - ডাক্তর ডাক্তর .... ডাক্তর ... লাক্লরোই কনা লাকানি .... লরাই অসিদা কদাইদগী .... ডাক্তরনো শেল পাইরবস্থু .... ডাক্তর ফদে ... ।

সু:— ঐ কৌরুগে মা লাক্লব্রা যেংগে ঐবু ক্লাশিদবদগী লাকত্রিব্রা নত্রগা ওক্তবা মীশিংবু খংহনগে তৌব্রা ঐ চংকে। (শাওনা মকোক ঈ থোকপা অহু খুমহ্লনা চংখি)

রং:— সুমো---যবে.... নং কল্লগন্নু ... মোমোন নোকউ ঐ অমা চৎথ্রবস্থু নঙগীদমক্তদি ঐগুম্না থরাম্মীচাক মশিং থাঙমদ্রবগী মনুংদা অমতা ঙাইববা থাজগী শক্তম লৌহ্না মতম চুপ্পগী ওইনা পালহৌকো — অক — অক — নপুল্লিগী নাঙি ভুা — পী — মরিক — অমা তা-রকক্লিবা নংনা ঙসি ঐগী পুল্লিগী অবোইবা থোংচৎকী যাত্রাদা — পীবাংগী ঈচেল অমা অল্লংপা লৈতনা শিন্থবহু ঐগী পাপ চেল্লব মীং অসিদা উহনবিগনু —। যেংঙোই — নঙগী কোকিল চান্ম নিপান্না তেমজনিংঙাই — ওইরবী অমৃতগুম থুম্লবী খোঞ্জেন অহুন — শকউ ঈশৈ অসিমতা — অহুগা ঐ থাদোক্লগে নংবু — (সুমতি রমেশনা পীবা ঈশৈহু শল্লগা সংসারদগী বীদায় লৌখি)

মৈ মম্বা

মতমঃ নুমিং যুংবা মতম

মফমঃ দার্জিলিং (কাগী দুকানদা)

(সুলো লৈকবী ফিজোলদা লৈজবী ষ্টাইদা ক্বানা ভাংশং ভাংনা চাদুনা ক্বাগী দুকান্দা ক্বা য়োল্লি, নাকন্দা বোবোনা ঈশৈ ভংলদুনা। দুমাই দুমবীরি ঈশৈ অদু দুইনা শকই)

সুলো— মুংভাইত্রা ভাদা বোবো। মীনিনে মীওইবগী পুন্সি খোংচং হায়বদু শেংনিংবা ননিং. চানিংবা নথা চংনিংবা কুশি, এনি করি হায়ৰগে তৌবতদি ঐনা হাযবা খুদিংমক ইনগদবনি।

বোবোঃ— নহাকসে নুপী নত্তেকো ইবেম্মা, লাই শক্তি চেনবীনি, দুর্গা ১দি কালিমাইগী শায়োন্নি মণিপুরী ইন্দিরা গান্ধীনি তৌবতদি ঐবু থাদোকপীগনুকো। ভসি মংদা ঐখোয়গী সাহেবতু দুকান অসিদা পানা চাবা চংলক্লমই অদুগা ঐবু ফাত্তনা পুরগা চীংমাই অসিদা খ্বাং ফাওবা ফুমজিল্লগা চাউববা কোক অসিবু চফু থুগাইবিগুম অমুক চেনশিন অমুক চেনথোক তৌদুনা থুগাইবিবমইনে অদুগা মেম সাহেবনা খাক্লা খাক্লা নোক্কুনা য়েংদুনা লৈরমই।

সুঃ— মাগুম্বা চাম্মা লাকসনু সুলো ঐনা কিগদোবা লৈত্রে। মশক মমিং চাকচা যুথক তিন্নদ্রবা মীবৈবাক অসিদা দুমিং ২/৩দং লৈবদা ঐগী দুকানগী শেনশিং খংলেদনা। নেপাল্লী মথৈনা সুলোগী পান নত্তনা কনাগী পান চাখিদ্রে। পৈশাদা জম্মা তৌ। সাহেবনা ফনা শীংদুনা খোঙ্গুল লিজবক্লবসু ঐনা নেপাল্লী গুন্দা ২/৩ থাজিন্দুনা মশাগা মরাইগা শেংনহনগনি।

বোঃ— কিজখ্রেদকো ইবেম্মা। নেপালি মরকসিদা ঐগী য়াইবী থবায় অসি থম্মা থক্কী লাইজগুম বানা থাংইদা। নত্তে নঙ্গী নমাই অসি হামোক থরগা গুনু থরগা তৈশিনবিন্নগেবা ম্নাবৌবীগনু।

তাংক্ত লীন ময়াম্না য়াই মুন্নবগুম নঙ্গী শক্তম্ খৌরাংনা তাম্নরক পদঙ্গী বোবো ঐবু কৈরাক অমদি শদন ওইবদি শোইত্রবনি রাখল মরা শন্দে.কপীয়ুদা লৌশিংবী।

(জয় তুপী উপতুনা লিটৈ মক পায়হনা মকোই-মরাং হাপচিন্দুনা মশক ওন্দুনা চংলকই। ওহাক য়েংহুদা লেপতুনা লৈ।)

জয়ঃ— এক পান দো খাঁসি।

( সুলোনা পান পি, মীৎচি খৎচিল্লি, একটাং তৌশিল্লি, বোবোনা মতোমতা খোইদো শাওগৎপা উৎলি )

বোঃ— হেক লৌরগা চৎখিগে হায়দেনেসে। ঐসে হার্ট এটেক্ট তৌহনা। শিবা তাবেদা। ওফিসার অমা লোংনা ইম্বুরম্নগা অসুক রানা চেল্লক্তুনা লোৎচরবা বোবো ঐবু মখোয়না অমুক শেয়দনা মুনখিবা তারে।

( জয় হরাউবনা তু চুংই। মতক হাই )

জয়ঃ— ভাই ( খুৎ খত্তুনা কোথোকই ) ইধর আউ।

বোঃ— চুম্না ফাগী তৌবা য়াদবা জাৎলনে মোই স্বাইসিবু মুংশিহনা লকবনি সাহেব। য়েংউ য়েংউ ঐগী মুপীনি বেরা লৈতে তৌবক্তবু পাম্নবসু মুংশিবিরবসু মুন্দুনা চিংহনা নত্তবা ওইদবা ঝুৎ-মুত্তদি তৌবিখিমু হায়জবনি।

সুলোঃ— হাই কৈনো মীনা রা হংনিংহনা কৌবনি চৎলু অথংবা তাকাপিরুচো।

( বোবো কিনা থোকই। )

বো :— ফুবা চৈবতদি নমস্তে। হকচাং অসি মীহুন য়াম্না হায়গৎপ্রেদকো। খুৎলাই অসি কিপ্রেদকো। ঐদি মীনৌনি কৈসু খংদেয়ে নরোলসু খংলোই ঐদি মনিপুরদা সিভিল সপ্লাই ওফিসার জয়গী চপ্রাসি হাই, জাত্তা নহিং হাই।

জয়ঃ— (শিথ শিথ নোকই) অরে বাবু ঐস্ মনিপুরীনি। শক্ '৫০

দগী অসিদা দুকান তৌবনি। ঐগী মীতৈ লাকই তাবদা উন-
নিংদুনা চংলকপনি। (সুলো কিবা মীপাইবা মীৎয়েংনি, বোবোদি
হুরাউজদুনা চোংথর্লে।)

বো:— হেরা ঐদি নেপালি গুর্খালি ওইরবোই নিংলুরে ইকাইরেদা
(মথুক্ত মখানা চিকই মীতৈ অনিবু গুববদি ঐসু হেরোনি
লাকনিং লাকসনু য়েরুবা চাম্মা। থাঙ্গাল পাউনা টীকেন্দ্রজীৎকী
ধারানি কনাবু কিরুগনি মীতৈনা। এঃ মী তাখিদ্রা?

জয়:— মুমীৎ য়ুংবগী তাঙ্গা ওইবনা পোৎ লৈবা মীসু ইরাক লাকত্রে।
তান চারেদা।

{বোবোবু হেগু সেক তৌগে তৌই। মবুক্কী রিভোলভর শতুনা
কাপই। বোবো মখোংনা হঙ্গৎনা কাউরমই চোংশিন্দুনা খুজিন্না
খোৎলমলগা মবুক মেন্দুনা থরো থবো ওল্লি। সুলোচনা থাং
পাইদুনা রিভোলভরগী এমাংদা খোশাই।}

বোবো:— মেম সাহেব চেললো নহাকসু — ঐগী দযা অসি সোইদনা
ফংঝা তারে। লৈপাকপোকপা মুমীত্তা অরাং কাবা ফত্তে হায়দ্রা;
নতোমতদি লৈহৌদ্রকো। -- ঐনা ঙসাইনা মীচুন চোংই হাযবদুনি
মীফত্তা কাপকদবা লৈবদি পুম্মা বাঙ্কা য়াদ্রা। পু:। চৎমিন্নজখিনবা
... অয়ো অয়ো ... — শিরে। ফল্রবসু সাহেব অদুগী মনাক্তা
লৈরগা লৌশিংতনা মাবু লৈরমলবদি দযা অসি ফংলম্লোইদবনি...।

জয়:— লৌনম্বী লৌনম্বা লমলই জুডা এ কনানো হায়বদু খংজরো।
(মকোয় টুপ্পীনাচিংবা লৌথোকই হা হা হা হৌনা নোকই)

সুলো— (য়ায়া মীপাইনা) ওহ: নহাক। ফৈ কাপ্পু ঐবু কাপ্পু ফত্তবা
নপুকচেল শেংদ্রবা মুপীগী মফমদা খাইদগী হত্তবা মীৎয়েং য়েংবা
লৈপাক্কী ঈ থকপা সমাজগী বোঝা উচি ঐবুসু কাপ্পু ঐনা ঐগী
ইজ্জৎপু হন্দোক্তুনা নহাকী নযমদা লাকপদি মোংলবা নহাকী
নরমচৎ অদুবু হিমায় চুমাবগে লাকপনি অদুবু খুদোং চাদবদগী ঙসি
ঐহাক মফম অসিদা ওহ ওহ ঐনা অরানবা ভাঙ্গবা ... ওহ ওহ।

চম্পু:— ( রিভোলভরনা কাপকে তৌই। ঙমদে। মখুং থক থক নিকই ) মহাক মশাগী মরানস্থ মশানা খঙজে। নুপী কয়াগী মফমদা মহাক্কী মীৎয়েং মতাম্না চংখিবা লীচৎ অহুনা মশা অহুবু হুমহুনা পুগদগী হোৎনরকই। লৌশিং থেনবী পুকচেল লেপ্তবী, অঙম্বা, অনেম্বদা চেন্থখিবা ঈশিংগী শক্তম লৌবী নুপী নপুরোইবগী মফমদা নশাগী সতিত্ব ধর্ম্মবু মশক মাংহনবি, ওক্কবী, নহাক্কী তুক্কচনিংঙাই ওইববী লিচৎ শাজৎ অহুগী মতিক চাবা দণ্ডিদি অ াউবা গুলি অসিনা নশাগী পামজবা ফিজেৎ ওইহনবনি অহুবু ঐহাক মাযথিবে। ঐনা ভৌবনা ঐনা ফংই ঐনা থাকচবা লাংদা ঐ থুরবনি।

সুলো:— থোজাল হৈবা ভাকপী হৈবা নুপাগী অরেপ্পা অচেৎপা পুকচেল চেনবা সাহেব। লৌশিং থেনবী পূকচেল লেপ্তবী নুপী ওইবীগী অথেনবা রাখলনা ঐহাক ইশাবুস্থ ওক্কবী নুপী ওইবিগী খ্বাইদগী তুক্কচনিংঙাই ওইববী লিচৎ শাজৎকী অণেংবা মুত্তি ওইরুববী ঐহাক্না লানখিব। পুম্বা ভাকপাসু ( হোংচিন্দুনা মখোংদা তুজৈ। কপই। জযনা খোংপাক্না কাউথোরকই। সুলোনা বোবোগী মথক্তা উপশিল্লি। জয পেম্না নোকই )

বোবো:— সা… হে ব … নহাক্কী নফমদা ঐগী থরায থাবা … অসি-দি … খ্বাইদগী … লাইবক ফবনি অহুবু নহাকুম্বা … নুপী … কম্মাবু হন্তবা — মীংযেং … য়েংবা … ওফিসার … অমা … ওইরগা শেজাবা হরাউ ভষামদা শানৈ যুনৈদুনা মতম মাংহনবা, নশাতগী খনবদা লৈবাক্কী নজাতিগী থন্দ্রবা মতিক চাদ্রবা নীওই অমা ফাউবা মাংহনবা ভমজমদবা লোইশিনবা ঙমলম্দবা বোবো চমপ্রাসিগী পূন্সিস্থ নিংঙমদে লাইবক খিবনি … ।

চম্পু:— বোবো …। ( শাউনা জ্যান অমা লকই, মথুক্তগী নোংমৈ তাখিবা খংহৌদে মশা হক থক নিকই ডি.জাসিদা সুলোনা চোংশিন্দুনা পিস্তোল খুনগংলি )

সুলো : — লেংগম্ন খোংকম অমা লেংবদা নহাক্কী থরায নশাগী গুলিনা মরাইনা .... .... — হা: হা: হা: ।

জয়:— ওহ সুলো নহাক ঐবু চপ চানা লমন খুম্লগে হায়না লেপ-লবকো ফরে । কাপলো ঐবু কাপ্পুনা হাৎলো । ( অম্লম অম্লম চোক-শিন্না চংশিল্লি মরাল লৈজদ্রবা পংলবা বোবোবুস্ন ওক্রুবী মপোক তরেৎলক্কা তাইবংপানবগী মুপী ওইনা পোক্লরোইদবী নহাক্কী থৌইনশিন্না দগ্তি অসিমক ফংহল্লে । ( চংশিন্দুনা বোবোবু কোনবি ) বোবো খংউ লৌনম্বী মুপীজশিংবু চোকশিনহৌদবদগী নং ঐনা ফংলিবা দষা অসে । ঐহাক সম্পেগু তৌরবনি । নখোয়না ইনবা চিঠি ১ ফংবদগী মফম অসি তান্না লাক্কুনা নখোয়বু লমন খুম্বা লাকপা ওমবনি । ফরে নহাক্কী নপুন্সি অসি মফম থৎদনা মাংলে । ঐস্নু ওসিদি নহাক্কা ফংলিবা দষা অসিদগী লিংকম লৈতরে ।

বো :— সা - হে - ব সুলোগী মরালদি লৈবা নত্তে মহাক্তি ইনখৎলকপা নহা ওইবগী হৌনবা মশুং মমান্নবা সঙ্গ ওইবা প্যামবতনি .... .... সাহেবনা মহুগী অর্থ খংদনা পেন্নাইদ্রবা রাগগী কুণ্ডদা লুপথিহুনা অফ ফত্ত থিদনা নশাবু নশানা নরক্কী থোংদা চংজকবনি আ: সুলো ··· ··· ··· সাহেব ··· ··· । মপোকসিমগী বোবোগী থবায়না মশাবু বিদায় লৌথ্রে । ফনা কৌহুনস্নু অমুক খুম্লকলরোইদবা ।

( বোবোবু মুম্না য়েংহুনা সুলোস্ন মুংঙাইতবা ফোংদোকই । )

জয় :— বোবো আহ ! সুলো মচিন লিশিং পানবা লোংগী মত্তৌগুম্না তমথিরবা নহাক্কী লিচৎ মীকুপ খুদিংগী মথৌ হাপকৎলি পুংজা খুদিংগী মশোং ফনগৎলি কান্নদ্রবা ঐগী পুন্সিবু নহাক্না কাপ্পুনা হাৎলো । ঐনা লানথ্রে নহাক্কী নকমদ', নত্তে সংসারগী মুপী কাংলুপপু ঐনা উশিংলুদবনি মুপী নিপানবু লৌনবা ওম্বা ঐনা পীনিংবা ফববু পীনিংবা মীদা পীবা ওম্বা চানিংবা শেল চাবা ওম্বা ঐগী চাউরবা দগ্তি ইশানা ইকোকথোং পুহুনা সংসার্ম্ন য়াংবা লাজঙগে ।

সুলোঃ— ( থানা থানা পেন্না নোকপা ) লিম্হোইগদবীগী লিংজেন মোইবাং থোইবীগী পুকচেল পাম্হোইবীগী শক্তি চেনবী মীতৈ চনুবা ঐগী মীতৈ নুরা ঐগীসু শক্তী গুনবু ভাকুবা ইশাগী লৌশিং থৌনা পিনরমই ঈশ্বরনা। নহাক্না নুপী নিশানগী লাইফদিবী হংনা শাবা অমনবু ঐবু মফম অসি তান্না লাক্নুনা লমন খুমগে হোৎনা শারি। খংজবো নুপীগী থৌনা লৌশিং ভসি অসিদা। নিংথমথাগী অভনবা অযুক্কা ওইদুনা লৈরম্লবা নপুন্সি অদুবু করিসু লৈত্রবী নচাগুম্লবীবু নহাক্না খুয়াথাগী উফুল লৈরিক্নুম খল্লম্বী নুপীমচা অমনা খুম্লম্বা কিজং হায়দোকচরে থান্নবা লৈচিল পাইথোকহল্লুরে তশেংনা উবিরবরা য়েংবিরো সংসার অসি। কনা কনা লৈবগে কনা কনানো লেপ্তুনা ফমথনা হিপ্তুনা লৈরিবা মীওইবশিংসে

জয়ঃ— সুলো ( হৌনা ভক্না ) উরে উরে ঐনা উরে মীশক মীওই অনিথক্কুং —

সুলোঃ— কনা কনানো মখোয় অদো — ?

জয়ঃ— অমনা নিপা

সুলোঃ— অমতুদি— ?

জয়ঃ— নুপী —।

সুলোঃ— কনানা কনাদগী থৌদাং কয়াম হেল্লি ?

জয়ঃ— চপ মান্নৈ।

সুলোঃ— নিপানা কনাগীদমক সংসারদা হিংই।

জয়ঃ— নুপীগীদমক অতুগা নুপীনা নিপাগীনমক

সুলোঃ— অদুদি নুপী অমগী নিপা অমা নিপা অমগীনা নুপী অমা থংলেদনা।

জয়ঃ— খঙলে দেবী ঐনা ভসিদগী নহাক্কী মমল য়াম্লবা পাউতাকশিংসিবু ত্রিবেনী সঙ্গমগুম শেংনা ঐগী মন্নবা থম্মোয়গী কাচিন্দা থমজরগনি।

সুলো:— নশানা নশাগী নরাল লৌশিঙবা ওমজবগনিকো। ঐনা বোঝোব খোয় থাকপা নত্তে নহাক্না ঐবু থাক্লিবা খোয় অহু মশক খংনবা হোৎবনি। তিঙ্খং অমনা যুরবদি তিঙ্খং অমনা হনবা তাবনি। হৌজিক্কী তিঙ্খং অসি হন্দোক্লবনিনা তিঙ্খং অনিমক অসি মকম চানা তাইবঙ খোংনা খোংদাররোইদবা মকম অমদা লাপনা চোকশিন্না হুক্লেকপ্রসি।

জয়:— সুলো ঐনা নঙবু ফংজবদি মহাত্মা গান্ধীনা কস্তুরবাবু ফংজবনি। রামকৃষ্ণপরমহংসনা সারদা দেবীবু ফংজখিবগুম্বনি। লাউ চংশিল্লকউ। থম্বাল চান্মনিপালবু ওমজবী নখোং খুয়া অহু শোক্না খুরুমজগে। ওসি নহাক্কী নফমদা চংখিবা লিচং পুম্বা অসিগী প্রায়শ্চিত্ত ফংজরগে কদাই গুলি কদাই ?

( সুলোনা পেল্লহুনা রিভোলভর অহু লংশিল্লি জয়না হরাউনা খুনগংলি, মপুক ফজরবা জয়না ওসাই মখৈ লৌনম্লম্বনি। মানা ভাগ্নতবু ভাইহুনা জৈরম্বনি। মখুং লৈখেক্কে তৌই। ঙহাক লাক্ত ফানৈ। হন্নরহুনা মপাঙ্গল শোল্লবা ওক্সিসার অহুবু মখোক কারক্লিবী ঈরাংলৈমা মখোনা ফরবী মতমগী খোনা লৌশিং ফুনা চৈনবগী টেকটিক্ক খংলবী সুলোনা ইরাই লাইনা ডিটেক্ট তৌক্লে। ঙহাক লাক্লা ফানরে। মমৈদা সুলোনা হৈজ্রাং অহু থুল্লহুনা যেৎথংবা পাম্বোমদা থিল্লম্লগা চেনগ্রে। মাগী রাখলদি জয় অসি শিরে মকম চানা থিনগ্রে অসিনি অহুনা ঙহাক চেনখিবনি অহুবু খুদক্তা ওইনা বিভোলভর কাপখিহুনা সুলোগী মখুং ওইগী পাম্বোম মকদা পানগ্রে )

সুলো:— আহঃ লৌনম্বা লমল্লুই, ফজরবা মীগী হিদাক লৈতে। য়োংনা কনা শিংহনম্নু মী ওনবা ওয়োই ওইখোক্তে হাৎপদনা মতিক ওক্লবনি। ( অমুক হন্না রিভোলভর কাপই পান্দে )

সু:— পুলিস পুলিস ( কৌ কৌহুনা চেগ্রে লম্বীদা )

ইমুং মন্নুং

জয়ঃ— থৌনা ফরবী নুপী অসি হাৎহৌদ্রবদি ঐগুম্বা মতিক চাদ্রবা অচাউরম পামজরবা মীতৈ ওফিসার কয়া দযা কয়া তাবা তাই লৈবাকী আমঙ্গলনি মপূক কত্রবা শেঙ্গাও পাইবা মীতোপ মীনৌ চুকান্দর ওফিসার কয়া মরাইদেক থীবা তাই। ওহ পুলিস ঐবু ফারবকো (বোবোবু পুহনা চংশি)।

মৈ মথা

—— —

২/৬

মুহনগী শঙ্গাই অয়ুক।

(মুহন মম্মাকমুপা লৈথিদবগী মমোন, মথরাই মুংভাইত্রে। নেশা অমনা মাবু লায়না জয় তৌগ্রে। কানিনি)

মুহন (কানি চানা) এঃ ঐনা তৌবিসি লুব্রেদা। ইচানুপী অমতা লৈজবসিদা নিঙোল মরা অহোংবা অফবা অমতা য়োকচগে খঙ্গবদগী তান চারে খঙ্গরুবে রমেশ ফংজবদা. অদুবু শোরাং ফিরোইনচিংবা মাং থাদুনা লাকই। য়ুবু রারকপা ভমদ্রবদা করম্না মী ওইগনি। ঈশ্বরনা মীওইবগী পুন্সি পিরম্বসি চহি ১০৮ ভনি। মসি কাওবা শাংমন্দে তেনমল্লি শাংহল্লু য়ৈথোকপীয়ু হায়দুনা যমদা দরখাস্ত কয়া থানরিবনি অদুগা করপসন কয়া তৌনরিবনি অদুতবু নেশা রালাশিংনা করিগীনো চহি ২০/৩০ দা মতোমতা লোইশিনজরিবসিবো। পাম্মুই দকো নপুন্সি অদো। অদুদগী অমুক আত্মাঘাট হা হা হা অপং-বশা নোইগী নপুন্সিদু লেম্নে খল্লবরো ঐখোযদা খায়দোক খায়জিন ম্নাবসু নতা। মতোমতা হাই ঐসু নেশ চারেনা হায় কানি চাবনা

ঙাংবা ৱানি, ফনা চুম্নবসু কনামতনা লৌবিরোইনে ফিলোসোফি ৱাবু। (দিনেশ চংলকই, কুবিৎখাওদগী কংক্র লৌথোকতুনা গঙ্গা নোইহুনা থকই)।

মুঃ—ইবাই করিনো কোক-লু কোই-সুং অদুবু। এঃ গঙ্গা কমনো মাংলে ২।

দিনেশঃ—ইশেল! কানি শিজিন্নবিরেদনা কৈনো মাংলেনা! (গঙ্গা ভুৎ ভুৎ চিংই। মৈথুনা পুম্নম ময়ই। ময়াং কংলবা মশা অদু অমুক অমুক লৈচিল মরক্তা পাইবা লংজা উমাইবী শেকপীগুন্না উরি। খোনজেলদি নাতোন্দা ভংদুনা খোঁশাদবা মওংদা ঙাংলি। কমদৌনা শিজিন্নরিনো?

মুঃ—নচা অদু নশেন্না ইচাদা ইচাদৌনা য়োকচবনি অদুবু মনুং মতম চাদনা স্বর্গিয় ওইপ্রবসিদা মীদি চাহেন ঙাহেন্নৈ হায ঐদি থম্মোয় অসি ফাথবা ওইনা কানি থবা থরা চাজবনি ইবাইদি কমদৌনা।

দিঃ—ঐস্নুনি। ইচা অনি লৈখিদ্রে অমনা যুনা অমনা গঙ্গানা নহাকসু থংলেদকো। ইচানুপী য়াইওইবী লক্ষ্মীনা অবতার তৌবি সুলোচনা ছুসু কদোমদগীনো মপুরে ইবগী মফমদা কারন তৌকবদগী দার্জিলিংদা চেনগ্রে। ফারে জেন্দা চহি ৫ লৈবা তাগ্রে। ইস্মাকনুপা জয়সু থবক তৎপদা নত্তনা জেলদা চহি ১০। ইচানুপীনা লৈবিরম্বা লৌ শাবিরম্বা য়ুম পুম্নমক উকিল নেকপগী, থনাদা পিজবগী শেল গীদমক লোইনা য়োম্থোকখরে। হান্নগী গুহাতুদা অমুক তারেদনা। হন্দক্তি কাখৎপা ভয়গী থবক লৈ্ন্রে। অঙাং ১০ সিনা কনানা কমদৌনা য়োকপিগদৌরিবা। ঐসু থবক শুবা ঙমদে। ৱাখলসে শামনখরহুনা গঙ্গা থক্তুনা অরা পোথোক্লরবা!

মুঃ—নচানুপা সনা অহুনা হায়রমই মীওইবগা নেশাগা অনি অসি ভংন থান য়াবা নত্তে। ৱারবসু মুংঙাইরবসু নেশাবু দরকার মওই-রক্পনি হায়বহ কুইর কুইরগা চুখা মালেনে। থাইনগী লৈরাং মল মল লৈসুংশি হায়বহ ওইরক্লে।

দিঃ— পুক অসি চাক মরু অমতা তাবা য়াখিদরে। হেক থাদখিবগা ইমাংদা পোপ হেক্তা ভারকই। কুইররোই ঐসু। হুম থবক শুদবা য়াল্লে নত্রবদি মমা অসি শোইদনা কৈথেল থোকখিবা তাবে। ইশেন ঐদি ইচা ময়ামসিগা লোয়ননা মমাংগী চীং অসি খোয়দোক্লগা চুঙ্গাক হুনগে, অদু থাগে, চীংফৌ হুনগে। চীংদোল অসিদা মহাদেবগী মন্দির লৌংখৎতুনা নুঙ্গাও ১০দং শাগোন্নগে। হৌজিক কালগী নুংবু লাইনি হায়না থাজনবা যূপসিনা নুংবু মবম চানা শিজিন্নদবা শাগোন্নদবা ঐসে অপ বনি। চেং খুয়া খুয়াহু চাম্মা পুসিল্লবদি য়ামগনিনে। পৈশা মঙা তরাহু খোমজিল্লবদি শেলফম অমা খংলিয়ে।

মুঃ— সাবসঃ ইবাই ফিলোসোফব -- খংদে চুমত্রা লানত্রা মীনা হায়নবা তাবনি। ফজে ইবাইগী পোথি।

দিঃ— ঐ বাখল য়াম্না থোকপা মীনিনে। গঙ্গা নংবু সঙ্গ তৌবদগী পুন্নমকসি খং উরকইবনিকো। হুম মীনা প্রাইম মীনীষ্টর প্রেসিডেন্ট ওইবদগী মীওইবা চাওখত্তে। লাইনা নিংথৌ ওইহন্নবা য়াদে। গোবিন্দনা কংলাদা নিংথৌ ওইহনগে, ঐনা মনত্রী মরমদি মীসে লাইনা শাবনি মীদগী লাইনা মতীক মগুন হেল্লি অহুনা লাইবু নিংথৌ হাপকদবনি। (গঙ্গা চিংই মকোই মশম নাল্লি) শম কোইসি অহানবা মী ওইরকপগী রারী অহুরাদদি কক্কনমদে ঐসু ককওই মরমদি শেল পাইদবা ঐখোযদদি সুম তৌবসিনা একনমিক ওই। চুমদ্রবা ইশেল।

মুঃ— ওহ নহারোল মথেনা শম থাকইবসি মখোয় দি মহৈ য়াম্না তমলুরবনিনা অবেম্বদা শেল হুন্দোকপা ফত্তে খংবদগী শম কক্কদবা কোই কক্কদবা ওইবা তারে। খুজিলসু অমত্তা কক্কদ্রেনে।

দিঃ— অশেংবনি অশেংবা।

মুঃ— ইবাই গঙ্গা থকপা তোক্লো। মহুদি হকচাংসি শুনিংদবনি। অতনবগী হৌরকফমনি। শম কোই ককপা ফাওবা তন্দূনা কক্কদ্রবনি। মহু ফত্তে য়েংউ চকশং অমদা ওইরিবা য়ুমথকা

কিভম অছু মৈথু চারবা পোৎশিংগী ফিভমছুনা থোপ্পা ওইরিবনি মাখা শোনবনি টিঃ বীঃ থুংছুনা থুনা শিগল্লি। গঙ্গা থকপা থুনা লেপউ। মহাদেবা নিংলুমু। মহাদেবদি গঙ্গদা ভাইছুনা মশা অছু লেংবা ভমদছুনা বাকনী চাংদগী কুমথবা ভমদছুনা লৈরবনি। কনামত্তগী মকমদা লাক্লরোই। হৈভাং চিংদোন্দা মরক মরক্তা লাকই।

দিঃ— শিব শিব শম্ভু ইশেল নচিল নরৈ কেনগদবা রাহু ভাংগমু। অছুদি কৈদো হায়বনো ?

মুঃ— কানি চাসি কানি থক্লি।

দিঃ— করিগী ? কয়াম হেন্না ফরছুনা।

মুঃ— কানিগী কান্নবদি তুম্লিংবনা থক থক চিংলবছু শুংতুম তুমহনদবা ভমইদো। তুমবা শুংয়া য়াত্রবা মীদো লাইনা তুমহনবা ভমইদো। যু থকপা গঙ্গা থকপগীদি অরৈ অরৈবা পুখোক্তুনা চামিন্নৈদো ঐগী মাগী স্যারগী রা লৈনদে অতুনা শেল যাম্না মাংনৈ। ভেন্দবদা লুপা য়াঙ্খে চাম্মা লোইবদি মীকুপতেদো ঐখোয কানি চাবদি শ্বাম্না ইকনমিক ওই কমদোননো হায়বদা ঐগী শিকি মখাই থাইনবগা হেঞ্জদন্নদবীদা চা করা থকনৈ। চাংনৈ। মৈথু অসি খরদং মপাল থোকখিবা য়াই কিজবদগী, পাম্মজবদগী লোইনা চিংশিল্লি চাশল্লি। ইচাগী মযাদগী চিনি থাউবা কেখোক্তুনা চাবা ভমই ককচেংনা চেনখিবা চিনি থাউবা মুনহুনা চাবা মীনি। কযাদা লীকথ্রবনো অতুনা ঐখোয শেল পাইবা অ'রকপা মীগীদি মসি শিজিন্নদবা য়াদবনি। শেল পাইবিনিংবদি ইনাক থুনবিনিং-লবদি অঙ্গাগী অঙ্গানি নেশা মশেল মসি চামিন থকমিন্নসি।

সুঃ— (থোকক্তুনা) পাবুং ওহ ইকুবাকম্ম লেংলিরবই।

দিঃ— ইবেম্মা নুংশিন্ত্রেদকো। মাত্তগী ঈরাসে খাম্বা নংহৌদ্রেদো।

সুঃ— কবিনো তৌবিরিবসিবু। নচাশিংস্ম ওক্কবদগী নেশা চাবদগী হুরাল্লুবদগী ভয়া কৈখিদ্রে অহুবু ফজ্রে খংলবা অসিতবু হন্না হন্না

তৌবিরিবসিবু। মৈবানবী ১দি যুরাপ্পা মণ্ডালবু পামজবদগী থাউ-মৈতবু মুংশিজকবদগী মশানা মশাবু ৱারকপা ঙমজদহুনা চোংশিন চোংশিন্দুনা শিজৈ। অহল ওইরবসু, জ্ঞ্যান মরা তাবা য়াববা ইকু ১দি পাজিনা হৌজিক্তা অমুক নৌহৌনা গপ্পা কানিবু কন্না পামজনা শিজিন্নবিরকইবসিদা নচা ঐস্থু হাযকম খংদবা শাউনিংই।

মু:— ইবেম্মা নংস্থু নপুরাইবনা পামজরম্লবা হিদাক যু অহু য়োন্দুনা নহারোলশিংদগী শেল খোমজিল্লু। খুঙ্গং অসিগী য়ুমথোং খুদিংদা লৈকাই খুদিংদা যুগী কারবার তৌনঙ্গবদা নং ঐনা অশিংবা অফবা শাহুনা শেল লোকহৌদবা অসি য়াম্না লানগ্রবা অাংনি। মংমগী মুংশিং হোনগদবনি। মুমীং হেক তাবগা লমজাও সরুক অসি মহাভারতকী কুরুক্ষেত্র লানফমতু ওইরবনি অহুনা লান-ফম চংলবদি খুৎলাই পাইখংপা তাই। পাইখংলসি ওসিদগী য়ু যোল্লো।

সু:— পাবুং অহুগুম্বা তুরুকবা ৱাহৈ অহু নচাগী নাকোংদা যৈহনবিবগনু। যারিবমথৈ ফত্রে খংলবা থবক চুমদ্রে খংলবা চৎনবী, লাল্লে হৈনবীবু থাদোকপা হাযবসি মীওইবা ঐখোযগী হৌনশা ওইহনগদবনি।

দি:— ইবেম্মা মীনা ঈশিংদা পৈশা লৌনরে। ঐখোয নোই ননেমস্থু কারবার অসি হোৌবা হাযরবনি ঐদি। নহাবোলশিংসে চাকচা যুথক্তা মহৈ মহৈ মাংনরে। ওক্তা য়েন্সা হুইসাবু ওস্থোক্তা পামজনা চানখ্রে। হিন্দূ ধর্ম্মগী ফজরবা আদর্শ মাংহল্লে। মহাত্মা গান্ধীগী মনা মশিং চাবগী পাউভাক্তি থোপ্তা হাপত্রে অশোংবা ময়শম মহুংদগী হেন্দোক্রে। মাংলবনি বম হুইসকি কহ্রিদা থাগী তলবনা মা মাগী মমাদা মুপীদা উতোংঙা লৈনবা শেল পীশনবা ঙমদে। যষ্টি অমা শোনবদা, লিলা কালা অমা তৌবদা অহল ঐখোযগী ফমফম লৈত্রে। ইকোক্তা ফম্নে, মনম মহানা শ্বর ফুন্দুনা নহানস্থু লারুকরবনি অহুনদি মতমগী হৱা মুংশিং থোদবা য়াদ্রহুনা ইবুহোইস্থ হৈন হৈংবা হৈনরবনি। ইকাইরু য়াপোং নত্তে।

স্থ:— লৌনবিবা অর্থশিংত্ত পুমলান লাম্না লৌন্নে। ঈশ্বায়দা তাউথরক্লিবা হিরোই য়াউদ্রবা হিবু ফাদবা য়াদে খনবিয়ে' থেংহনা ভাবোক ওইবননি মীওইবা ঐখোয়গী পোকচবগী অর্থ ফংলোইযে।

দি:— নচা ইচা অমত্তনিহে। যুগ অসি॥ নহারোগশিংসে ওাংখোরকপদদি ঈশিং লিংখিদ্রে। থবক ওইনা পাংখোকপগী রা অমা শোইরে। গান্ধীগী মুর্তিবুদি লাংলি যীশুগী মুর্তিবুদি মণ্ডপমদা থোরী থুই অতুগা মখোয়গী মমল যাম্নবা পাউতাকশিংবুদি আ থোংঙুপ মন্নুংদা কৈনোনে যুগ অসিবু।

মুঃ— ইবাই অঙাংশিং অতুবু কদাইদগী ক্বিনা চা থক্লিবগে করম কমত্তৌরিবগে ?

দিঃ— মুহন নচেনা খরা খরা হাজিবা চৎপনি হায়ত্নুনা চৎলি। অশংবা কান্দা সিনেমা হোল ময়াদা কা য়োনবকা অতুক থাই। খুদোং চাবা ফংলগা অচেৎ অকোম য়েংত্নুনা পোৎকাস্থ লাক্লকই হুরাল্লকই।

মুঃ— য়ে ..... ... ।

স্থ:— অবোকপূ ।

দিঃ— হোই মোই মমাদো ।

স্থঃ— কমদোগনি অতুদি ... ... .... ?

দি:— সিনিদনা কলিদা চাযাম পোকপা লাইরবা হায়বত্থ। হৌজিক ঐখোয় ইমুংগী লমনি হায়বা য়েত্নুম মনা ফুন্নবা ফাওবা লৈত্রে। য়ুম জিজ্ঘনা কুপ্পকাত্থ লোইনা ফক ফক য়োনথ্রবনিনে; মীগী শেলনা হকচাংসি ফি থোংবা য়াদ্রে। হৌজিক চীংয়া অসিদা হোংদোক্নুনা লৈরবনি। অঙাং অনিনা খুলগী যণ শেল্লি। অনি অমনা ভীক্ষা চৎলু হায়ত্নুনা মখারোমদা থাদোকখি। অনি অমনা হোটেলদা গ্রাস চাম্বা অত্তৈনা মা মা থোকপা ঐনা গঞামক্তা থিবদা থবক ওইরি। চহি অমা অনিদং চোম্থরবদি কংক্র অসিনা ঐগী থবায় অসি অতুম লৌজগ্রগদবা পোৎনিদা য়ানিংঙাই লৈত্রে।

সু:— পাবুং ব্রারী অসি অচুম্ব নি ওসিগী যুগসিদা লাইরবা লন থুম মহৈ মশিং করাসু হৈজদবা মী মখোদি ব্রাবনা শ্বব হোনবা ওম্নদ্রবনি। ৎবক শুফম লৈত্রে। থবক ফংনদ্রে। পোৎকী মমল তাংই। কমদৌনা হিংবদা খুদোং থীব্রাইদৌরিবনো? অদো যেংঙোই পাবুং অঙাংশিং অসি ঐ শিঙ্গিন্নরগে। ঐখোয়গী লৈরিবা লৌ ইখোল পুম্বা অসি চহিদা হনিরক লোকপা ওম্নবা মহৈ মরোং ফৌ, গেত্র চুজাক," অলু, পালনচিংবা থাহল্লসি। ঐনা মখোয ইমুং অসিবু পুন্না থাক্লগে। চিনা পেদি, বতনা, আব আই জযা ফৌওইবীনচিংবা ফৌথোক যজ্ঞব্রবা ফৌশিং অসি থাহল্লগে। মা অতোপ্পগা উহল্লিবশি লোইনা শস্তোকলুরো লৌশানসু চাং নাইনা কারক্কে।

মু:— হৌজিক্তা লৌ শৎপদি কদাইদগী লৌমীনা লৌপূদগী হেন্না চাওব্রে। সবকারনা লৌ যোনবা লৈবগী নিয়মসু সবকার ওইব্রে। তাদ্রো লৌবাক লৈজবদা য়োনবা যাদহুনা নহান পাংঙৈজম কেছোহোইগী শোবাৎ যৈথোকখ্রিবহু।

দি:— খংদ্রেদা সবকারগী নিয়ম অসিসু।

সু:— পুন্নমক ঐ শিনগে। লৌমীনা লৌ ফংদবা লৌপুখৈনা সহরদা লৈরগা করবার তৌরে। লৌমী করিসু ভাউ খংদবা মখৈনা পংব্রাদা ব্রারে। মহাজনগীদমক্তা হোৎনবীবদা মত্তুগীদমক্তা সরকারনা শেম্নকপা নিয়মনিদা অত্তবুদি। ফরে পাবুং ঐ শিল্লগে অবোক ১দি অঙাং-শিংগী য়েংহুনা। অতুগা ইকুবোক গঞ্জা থুকপা লেপ্পীরো পাজিসু কানি থক চাবা তোকপীকো জয় খুরুমজরি। (খুরুমই)

দি:— শিভ শিভ শিরেদনা শমভু। যৌরগে ইমেল মবক মরক্তসু মচৎথোরকউ। মপা নচা .... চৎলে চৎলে থোকখি।

মুঃ— ইবেম্মা চংলকউ চাক থোংদোকউ। মুংশিদকো ব্রমেশতো ঐবু কোইখিদ্রবা। যুগ অসিগী নহারোলশিংসে ইকাইবা থক্সি খাসিগী ব্রাসিদি লৈনব্রেনে। মৈ মন্বা

# অরোইবা উৎপা

## দিনেশকী চীংয়াগী য়ুম নুমিদাংঙ্গাইরম

( দশুমতি মোত্তাই শুদানরবা ফিজেৎনি। য়েংবদা অঙাউবীগুম মথাই নুংঙাইতবগী চিঙ্গাক ফত্তবগী মশা অসি ফিবম শোক্লবীনি।

দশুমতি:— ঙসিগী সমাজ অসিদা ঐগী হিংমিন্নবিবী হে মুপী ওইবিশা ঐবু য়েংউ অহুগা নোক্নৌ চুকুংনবা। ঐস্ সু অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা নুংঙাই য়াইকবা ইমুংদা চাওরকপনি অহুবু মীওইবগী পুন্সি খোংচত্তা নুংশিবা কৌবা তমথিরবা লায়না অহুনা জয় তৌথিহনা মতিক চাদ্রবা মগুন য়াউদ্রবা মহৈ মশীং কবিস্থ হৈতবা মবুদ্ধি ফোংথবা নিপা অমদা মতম চাদনা চহি তরাহুম-দোইদা চেনখকপানি ইশাগী চহি ৩০ শুদ্রিঙৈদা ইচা পোক্লে। শুনিংদবা কাযবসিদি কয়াম মাংবগে হায়বহ নিপা অসিগী মমা মপানা থমাবিরম্বা লৌবি য়ুমকম যাউবা লোইনা য়োক্লোক্কনা চাথোকথ্রে, ঙক্তানা লোইশিনথ্রে। অঙাংশিংনা নোংমা নোংমাগী চাউশিল্লবই শেংকেংগা চাগেগা থক্কেগা মহৈ তম্বগী খরচকা ইস কয়াদা অকিবগী মশক্লো। হেক শিবদি য়াদবনিনা তিংনবগী লানক্ষমদা মতমগী চৎনবীগা লানথেংনবদা ঐহাক ইচা য়োকলা ঙম্ববা হোংনবদা হুরানবী শেল হংপী ললশেংপী ওইখি। মমা মপাগী ঈ লৌহনা অঙা মথৈহ অমত্তা ওক্লে অহুগা মী ওইন্নবা শেন্নস্ত ঙমদ্রে কযাদা রানা অঙাংশিং অসিনা মী ওইনা হিংহৌগদবা ময়াম বিচার পৌবিয়ু। চাক চন্না অমদা হু তোত্তুনা পুন্নপ চামিন্নহনা সিমিন্নখিবনা অমত্তা ঙাইরবা লম্বীনি খল্লক্লে! ঙসি অসি যাউশং হৌবা নুমীৎনি ঐ কম্নদৌগনি ইচা ময়াম অসিগী ফিজেৎ অমদি খরচ --। ( দিনেশ গপ্পা চিং চংহনা থোরকই। )

দিনেশ:— মমা করিগী চিন্তানো। নমো অহুনা ময়াম অসিগী ফমবা শিনবিরগে হায়রুনা ফৈজ্জা শাহৌরে মাক্লরগনু। শুমবা মখুৎ চৎম্নবা মখোং উননবা মমীং তাননবা নাকোং অসিনিনে হায়রমই হাযরি মীওইবা অসি থবক্তৌদমক পোকপনি ঐনা হায়রি শিননবা পোকপনি। থবক শুদ্রবসু ভীক্ষা চৎলগা হিংবা য়াই। ভীক্ষাসু থবক্কি হাযববু মানা চুমদেদনা অচুগা শিবা হায়বসিদি লিংথোকপা সুকয়ামক যাদ্রে। শীবা ঙাইরিডৌদা চাকথাউহুমতং বারকপা ঙমদ্রবদি কমদৌনি। মীদি প্রাইম মিনিষ্টর ওইহুনা লৈবাক শাশন তৌরি। মোই মোইদি পিক্লবা চাখাউহুমতংবু মায়থিবা পীবদি ঙম্বা য়াইদনা।

দ:— ঙাংবদা শিংবা গঞ্জা মপী হৌজিকা থোংনবা পীয়ু কদাই। অফোৎপা শিজিন্নবা য়াদবা সিলভব কোবফু।

দি:— ঐ হোবহুনবু বাং নং লৌবনি শৌজিল্লু নচা ময়াম ঙম্নবা য়োকউ। হয়েংমুক মপোক্তদি ফেমিলি প্লান্নিং হাযবরা হেপ্পিলি প্লানিং হায়বহু তৌবনি। চহী ২৫ শুদ্রিখৈ মপী থিবোই নংসু চহী ১৮ নত্রগা ২০ শুদ্রিখৈ ঐত্তোন্দা চেল্লসি হৌরক্লককো।

দ:— হৌজিক্কি জ্ঞান যাম্না তাবে ভাব য়াম্না ওস্লবক্লে। মহৌশাদবু পাংলম্বনি। সোরোক নাশাদা কোবপ্তৌ টীন্দা মী মকোক ৩ য়েকপহু নগারাইদি অপুম্বা শোঃবন পুমখিবা জগানি খংননবা খুংলিবোই নিংলুবা।

দি:— ওহ হৌভিক্কাল নহাবোলশিংনে অঙাং হুপ্তেকম জাগানি হুপ্তেকসু হায়বোই নিংলুবা হৌজিক্তি নংসু ঐসু ভাব তারেনেকো অহুদি ঐথোয় ইমুংসিদি হয়েংমুক মপোগুদি য়াম্না সুংঙাইরনিকো।

দ:— কদাইদনো হয়েংমুক মপোক হায়ববু।

দি:— আ হৈঙাং মাবজিং চীদোন্দা তারেদনা।

দ:— কান্নদে মপা। হয়েংমুক মপোক হায়বসি ইচা ইশুবুনি অহুনা ঐখোব অনীনা ঈশৈ শক শক্তুনা অঙাং মযামসি হোয়রগা য়ুমথোং

খুদিং চংহনা ফেমিলি প্লাম্নিং তৌরো চাবা য়ামদবনা মন্থুংঙাইরে।
২ নত্রগা ৩ মা ওক্লে হায়হনা লা লাউহনা পৈশা নিকরসি।
দি:— ফজেহে ইবেম্মা পোইন্টহ শেংসেহে খুবাক খূই।

( ঈশৈ শকই মখোয় অনি )

অনি অহুম্না ওরুসি
তুংগীদমক থরুসি
লাইর' তানবা তৌরুসি
জাতিগী ললবু ঙাক্লসি
মীশিং য়ামবদি পামলুনু
ইনাক খুনববু তান্নসি
শেল পাইববু তান্নসি
ঙসিগী এটোমগী য়ুগসিদা।

মু:— ( চংলকুনা ঙহাক তাই, থরাই মুংডাইত্রে ) ইবাই ইচে যারোই মচু ঐ য়ানিংদে। শেঙ্গাও পাইবা ইনাকখুনবা ঐদি ইচানিপা অমত্তা ফংজগে নিংববু শুংকফং ফংদে। মনিপুর অাস মীশিং য়ামদ্রিবা জাতিনি। মী য়াম্নপা পাঙ্গল হেনবনি। ঙসি ভাবত্তা জাতিগী কাংলূপকী অকনবা ঈহৌ লাকপসিদা মনিপুরী মীশিং য়ামদ্রিবা জাতি অনিগী লৈবাক অসিগী কা লৈশিললকত্রে। মীশিং য়ামহনবত্তা জয়নি বঙ্গালি পাঙ্গবীনা চাউথোকই ভারত্তা হিন্দি ঙাংবা য়ামথিবদগী হিন্দিনা ভারতকী রাষ্ট ভাষা ওইরি মীশিং য়াম্নবা হোৎনগবনি ঐখোয় মীতৈদি!

দিনেশ দশুমতিনা :— ( ঈশৈ )

—ইবুংঙো মুহন অপাংবা
থরাম্মীচাক মশীং থীঙমবা
থাজ অমত্তগী মঙাল য়েংউদো

ইমুং মগুং

কান্নদবা মরৈ তৌরবু
নংনা নচা পান্নগা
ঐখোয়গীসে খরা য়োকপীযু
তরু তহেন লৈনিংজবদি
শেংপা চাবা নিংথুংনিংলবদি
ফেমিলি প্লান্নিং পাইখৎসি
ঐখোয় ইমুংসে যেংজোদো
দযা অসি ফংনিংব্রা ?

( মখোয় অনী রারবুনা ঙহাক পোখাই শ্বর শাংনাশাংনা হোটৈ। )

মুঃ— রারী মতেক অমত্তা থেৎচগে ইচে ইবাই। পৌরাবীদা চৎপিনি চৎলগা থিংনুগৈ যৌরমলে।

দঃ— করিনো ইবেমপা হায়যু তাসি।

মুঃ— নমৌম্নপী অহুবু পীরো, য়োকপীরো হায়বা লাকপসিনা থরান নোংজুহ মঙাইখরে।

দিঃ— কনা কনা লাকইবা মতা চাবা লাক্লবদি কোক হেক মথৌ মঙম শীন্দোকপ্রসি। খ্রালু পাখ্রাগী যুম্বান হায়বসি মুং ভায়বা নত্তে। ইশেনগীস্ব অমা য়েংশিল্লো। ইমৌহুস্ব ইচা অমা মরাইনা লাকচনি। লাক্লে হায়দাই ফরে মতা চাবা অমদা থোক পীথোকপ্রো মীরা তানবনি।

মু— ইবাই ঐনা পাম্বদি অমত্তা য়াওদ্রিনে লুরিবা। ওঝা ওইবনী হায়বা অমা লাকই। ওঝাদা ইচা পীবদি য়াদে চারা হেনগনী। ইলেক্ট্রিক রায়ার তিংবা অমদা থাজবনা হেল্লা কৈ। হায়স্কুল ওঝা অমদা ইচা পীদৌ শরুক।

দি— করিগী ?

মু— হন্দক্কী চাক তাংবসিদা ওঝা য়াম্না চারা হেম্নরে। চারা হেল্লবনীনা অঙাং লাইরিক তাকপা ঙমদহুনা অঙাংথৈ অমত্তা অফবা ইয়াও য়াওশিল্লকত্রে। এডেট হায়স্কুলগী ওঝা ওইবসিদি তলখপু থা ঙকা

পুন্না পীদেনে, শিরোইদ্রা ইচা ? ডাক্তরখানাদা, ইলেক্ট্রিকসিটিদা পিঃ ডব্লিউঃ ডিঃ দা ফোর গ্রেদ ওইবনা কৈ। হন্দক ওঝা য়াম্না শিরনী। তলবতগী হেন্না পৈশা অঙাংবী অদা নাকন্দগী লাকত্রবা থবকসিবু অক্ববরনে ?

দি — ওঝা ওইবা হায়বসিদি খ্বাইদগী লেম্বা, খ্বাইদগী রাংবা থাক্কী শিনফমী। চাওখৎলবা দেশ আমেরিকা, রাশিয়ানচিংবদা ওঝাশিংবু খ্বাইদগী ইকাই খুম্মে। ওঝাবু ওইরবদি কার তোংই ভেসপা তোংই, মনিপুরদা সরক মতাইদা খোংনা চৎলবা ফি মোংপা শেগায়বা ফি শেৎপা মী অমা চৎলম্লবদি ওঝা ওইরমই। থেন্নত্রেদা খংদ্রেদা সরকারগী থবকসিস্তু।

মু — ওঝা ঈনাকথুব্বা এসঃ সোঃ চরা হেব্বা থিয়ু, ঐ হিদাক তৌগেনে।

( ইমুংদগী মচা ময়াম্না অপুব্বা খোল্লাওদা ঈশৈ ওইনা শক্তুনা লাওরকই ;

ঈশৈ :— পাজি ইমা — ঐখোয় ফি শেংপা লোইরে,
লুপা পৈশা পিবো॥

( মখোয় অহুম চপ মানবা মাঙ্গোল্লোমদা যেংশিল্লী, মচা ময়ামতুবু উবদা পাখৎলী থক্কংলী। মৃহন ফাক ফাক নোকই, কানি শেমতুনা থকই, দিনেশতু গঙ্গা কন্না চিংহনা মচা তম্না কামশিল্লি )

দি — ইপাগী পাবি ইমোংশা অমমমতা থোরক্কুনা নহাক নহাক্কী অরাৎ অপাহু তাল্লুক লাও। হেমা মালিনি নওগী করি রাংলী ?

( হেমা মালিনি থুম্লকই, ঈশৈনি, থোরক্কুনা)

ও ইমা মুংশিবী,
ঙসি য়াওশং মৈথারনী,
কদাই ঐগী পৈশা, কদাই ঐগী লুপা।

দি :— কৈদৌনবা শেলনো ? ঐ শেল শাবা মী নত্তেনে, রাজেস খানা হায়য়ু নঙ্গীতু অরাৎপা ?

রাজেস খানা :— লহু ৰেড়া লৈরুগে,
শিরো ইমা ঐগীস্,
আবের খিত্তা লৈকুগে,
ঙসি য়াওগং মৈথাবনী ॥

দশুমতিনা ঈশৈনা খুমই :—
হায়যু নঙ্গী পাজিদা,
পলেম নমা ঐহাক্কী,
লুপা পৈশা শাজদে ॥
ইমাগী ইবেম্মা লতামাঙ্গেস্কর,
ইচাগী করি য়াৎলী ?

লতামাঙ্গেস্কর — ( ঈশৈনা মখা শমথে )
পাজিদি গঙ্গারালানী,
পলেম ইমানা পীযুনে,
হো ইমা য়াওগঙ হৌখরে ॥

নি — গুদ গুদ শিভ শম্ভু ননাইগী লীলাসি। মপুং ফারেদকো, মীৎ-
য়েং কাবন লাকপীরা, ইবেম্মা হেলেন ইচাগীদি ?

হেলেন মাঙ্গোলদা লৈ লৈহনা লগোই শাহনা :—
ঐখোয়গী অচৌবা কুম্মৈনী,
থাবল চোংবিগী শেলখায,
লুপা কুন্দং পীরোনে ॥

মুহন — গুদ গুদ। সবাস!

দিনেস — জিতেন্দ্র নঙ্গীদি?

জিতেন্দ্র — পলেম ইমা পুকফবী,
নমো আবের তৈনবা,
লুপা হুমফু পীখিরো।

ময়াম পুন্না — ঙসি য়াওশং হৌখরে,
ইমা পাজি কদাই, লুপা পৈশা




দি — ইচাশা ময়াম লৈখো ইপা পীরগে ।

(ময়াম চপ লেপই)

দি — (মথা তারকই) ইশেনি নংস্থু তাউ । মমা নংস্থনীকো ।
মীতৈগী হরাউ কুম্মৈ কোটি কুন্থ্রা হুমদোইহ অসি ঐগী কংক্র অসিদা হাপচিল্লগা টিকি নমহুনা ঐ লোয়না চিংশিনগে নজ্রগা থমবুলাদা হাপচিল্লগা মৈনা চুহুনা পোকথাইহনখিদ্রবদি মীতৈ মচাশিং অসে লোয়না লৈখা তাখিবা তারে। ময়াং হুকান্দারনা শেল পায়রীবসি অপংবা মতো ভমদা চোকথবা নাইদ্রবা মীতৈ নহারোলশিংননী। কুম্মৈ ফিরোংদা মুংলগদবা মীতৈ মচাশা চোকশিল্লু নজাতীগী তুংগী থল্লু ।

হেমা — গঞ্জা থকপা পাজি নরা তানীংদে ।

ঈশৈনা — হেমানী পাওদর লৈরুগে,
লিপস্তিক কাজল লৈরুগে,
কদাই ইমা পৈশা ॥

মু — বাহ বাহ ইচে ইবাই, বাহ বাহ ।
রাজেন্দ্রকুমার নঙ্গীদি ?

র — মাইক বেন্দবু য়ায়নবা,
কদাই ইপা লুপা,
মরুপ মপাং চৎথরে ॥

দ — হায়রু নখোয় পাজিদা,
ঐদি মানা লৌবনী,
পাজিনা ইমাবু থাকপনী ॥

দি — নমানা ঐবু য়োকপনী,
নমানা নোইবু পোকপনী,
হায়রু তাল্লু নমাদা ॥